# মণিপুরী কলাকার

মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশন

ইম্ফাল, মণিপুর

Rs 1 0

থাদোকপা :—

মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশন

উরিপোক নাওরেমথোং



অহানবা থুংনম ১৯৭৬

এপ্রিল তাং ২৬

মশীং ১০০০

মমল লুপা ১০.০০

হক পুম্বা এসোসিয়েশনগীনি।

---

ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম, মাইস্কুল পুলিশ লেন

# ৱাহৈ পারেং

লাইশ ওইরবা অহল-লমনশিং অমদি ৱৌজিক ৱৌজিক হিং ফুনা লৈরিবা, কলাকারশিংনা ইকায় খুম্নবা উৎপা হায়রবা অসিমক ঐখোয়গী তঙাইফদনা তৌরবা য়াত্রবা ইথৌ অমনি। মখোয়গী মপান্দগী ঐখোয় পুম্নমক্না চাওথোকচরি। খুজিন মমাংমুক্তা পাক্লবস্থ পিক্না মণ্ডল লৈরবা. মণিপুরনবা মণিপুরনা, পৃথিবী শিনবা থুংনা মমিং চৎলি অমসুং পৃথিবীগী জাতি কয়াগী মমাংদা ঐখোয় মৈতৈনি, মণিপুরীনি হায়না শক তাকপদা লেমজনিংঙাই ওইরি। মসিমক কলা অমদি কলাকারশিংগী মতিক মঙাইনরি।

ঐখোয়গী রিসার্চ এসোসিয়েশনগী উদ্দেশ্যদি, কলানা মুখ্য ওইবা উদ্দেশ্যনি। এসোসিয়েশনগী উদ্দেশ্য নম্বর ১, ৫, ৬, ১সুং ১২ শুবগী মতুংইন্না কলাকার সম্মেলনগী থৌরম অসি পাংথোক-চবনি। লোয়নবা কলা, সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং সমাজ সেবী-শিংবু থৌগৎপা অমদি কলাকারশিংবু য়োকখৎপা ঐখোয়গী ইথৌনি। কলা অমদি মীওইবগা লৈনরিবা মরী অসি তৎনা-থান-য়াত্রবা মরী মখল অমনি। কলাগী মরমদা পণ্ডিতশিংগী তোঙান তোঙানবা মত অমি লৈ। কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা হায়রি —কলা হায়বসি কলাগীদমক্তনি। অতোপ্পা কাংবু অমনা হায়রি, মথুদি—কলা হায়বসি মীওইবগীদমক্তনি হায়বদি মীওইবগী-দমক্তনি। হায়রিবা সিদ্ধান্ত অনি অসিমক, আধুনিক সাহিত্য-কারশিংগী য়েৎনমিংঙাই ওইবা হিরম অমা ওইরি। সাহিত্যদা মত অনি অসিগী মশিংবু অহানবগী সিদ্ধান্তনা কলাবাদী, অনি-শুবগী সিদ্ধান্তনা উপয়োগিতাবাদী কৌই। মতাং অসিদা চাওরাক্লা কলাগী ওইবা সিদ্ধান্ত অনিগী মমিং পঙ্গবতনি। হিরমসিদা পাক-চাওনা লৈনজররোই।

কলা হায়বসি কলাগীদমক্তনি অতৈ করিমত্নু নত্তে হায়বা অসিনা নোংচুপলোমগী মতনি। সিদ্ধান্ত অসিগী হৌরকফমদি ফাংলনি। কলা হায়বসিমক পুন্সিগীদমক্তনি, হায়রিবা সিদ্ধান্ত অসিনা ভারতকী ওইবা সিদ্ধান্তনি। মরম অসিনা ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মদুদি কলা হায়বসি মৈহৌরোন্দগী হৌনা, মীওইবা জাতিগী কান্নবগীদমক্তনি।

কলানা মিংচৎ ফংনবা, লন-থুম ফংনবা, অন্না-অনা কোক্লবা কত্তবা মাংনবা, অপাম্বা পূন্নমক ফংনবা পাঙ্গেনি। মরম অসিনা কলাবিদ্যাবু অমদি কলাকারশিংবু তঙাইফদনা য়োকখৎপা, ঐখোয়গী ইথৌদাংনি।

এসোসিয়েশনগী শিঙরিবা কলাকার সম্মেলন অমসুং 'মণিপুরী কলাকার' কৌবা লাইরিক মচা অসিনা কলাকারশিংগী মতেং পীবা ওইসনু হায়না ঊশরদা থৌনিজরি। অরোইবদা সম্মেলন অসিবু পাংথোক্লবা হোৎনজবদা থোইদোক-হেন্দোক্লা তেংবাংবি-মরূপ মপাং, ইচিল-ইনাও, কলাকারশিংগী মপোক'সিমগী শিং-ঙমজবা লমন তোল্লে হায়না লৌজরি। কলাকার সম্মেলন কলাকারশিংনা পাংথোকপিবনি। এসোসিয়েশনগী মন্নামগী অপাম্বা মতুংইন্না পাখোল্লোই ওইজবতনি। ঐগী থোইদোক হেন্দোক্লা ইতেং পাংবিরিবা ইয়াম্বা শ্রীথোইবাংখেম ইবোতোম্বী সিংহ পণ্ডিত অমুপা ঐগী ইয়াম্বা ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ অমসুং ইনাও শ্রীথোকচোম কলেন্দ্র সিংহগী তৌবিমল মক্তবনৈবা থিবিক্লা কাওজরোই।

সম্পাদক

তাং ২৫।৪।৭৬ ইং

# মণিপুরী কলাকার

## ১৯৭৬

# মণিপুরী কলাকার

## মাইচৌ শ্রীচন্দ্র সিংহ

ইং ১৮৯৫, মার্চ্চ থাদা, কাইরেল থাগী পানথৎলকপা তাম্বাহুমদোইনি পানবা থাঙজ হুরিৎতা খোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাই, ইঙ্কালদ পোকই। অপোকপা মোইরাং থাবল সিংহ লৈবাক্কি শক্লাইবা মাইচৌনি—মতম অমদা মোইরাং নিংথৌ ওইরম্মী। অপোকপীগি মিংনা নাওরেম নিংঙোল রূপবতি কৌই। স্কুল কলেজ মশিং বাংলিচৈ, মহৈ মশিং তম্বগী খুদোংচাবা মীরৈ-লৈরমদবনা খুল্লকী ওজা অমদা কোর্ব্বাকতা ইদুনা মহৈ-মশিং তম্বা হৌখি। মরেক চৎলবা মতুংদা খোংমন এল: পি: স্কুলদা তমদুনা প্রি-প্রাইমারি পাস তৌখি। মতুদগী জোনষ্টোন স্কুল



(এম: ই: ওইরিবৈ) দা ক্লাস নাইন পাস তৌরগা শিলোং গভর্ণমেণ্ট হায় স্কুলদা (ইং ১৯২২) কলিকতা ইউনিভর্সিটিগী মেট্রিক পরীক্ষাদা লেটর মরিগা লোয়ননা ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইং ১৯২৬ তগী মৈতৈ মরেক তম্বা হৌখি। মতুংগী মা-কোক্তুং পণ্ডিত লোয়নশঙদা অপোকপা পণ্ডিত অচৌবগী মতেং পাংবা ওইনা লৈরকই। মতম অদুদা অরিবম ওজা ব্রজবিহারী শর্ম্ম দা সংস্কৃত তমদুনা কাব্য আস্ত পাস তৌখি। মসিগী মতুংদদি মৈতৈ লাইরিক তম্বা অমসুং রিসার্চকী মরি লৈনবা পোৎ থিবা নহুনা তম্বগী শরুক তৌকখি। মৈতৈ লাইরিক তম্বগী ওজাদি মপুঙ ওইনা নাওরেমকোন্সম অযুথোম্বা, পণ্ডিত লোংজম গোপাল সিংহ, পণ্ডিত খুমনলম্বম অভাংজাও পণ্ডিত অহম অপিদগী তমখি। লোয়ননা পণ্ডিত লোয়শঙদা লৈবা মতমতুগী ওজাশিং ঙাক্লেম্বম চাওবা হঞ্জবা, নাইথং তোপেন হঞ্জবা অসিনচিংবা ওজাশিংগী মকমদগী তমখি। মৈতৈগী অরিবা লাইরিক-লাইশিং অমাদা ওজা ঙাক্লেম্বম চাওবা হঞ্জবদা পীরমবনি। থিজিন হন্নজিনবগী থবক্তা (রিসার্চ ৱার্ক) লৈথিব্রবা

অমল "মুমজাও মাহেংবগীদা চহি অম', মতম অচুগী পোলিটিকেল এজেন্ট হিগীন্সকীদা চহি অহুম শরুক য়াবি। ময়েকী ময়মদা ব্রাহ্মী, নাগরী, বাঙ্গল, উড়িয়া, ব্রহ্মাগী ময়েকনচিংবগী খোঙ্হোকনচিংবা খিদুনা নৈনখি। ইং ১৯২৭ দগী ১৯৩৫ ফাওবা মণিপুর ইতিহাসকি ময়মদা নৈনবা খিজিন্নবা মরবারমা লেখা, পণ্ডিত অচৌবনা থৌরম মপু (প্রেসিডেন্ট) ওইবা "মণিপুর বিভোজননী সভা" গী অয়াং পুরেল (সেক্রেটরি) ওইনা থবক থৌরম পুখি। "মণিপুরী গৌড়ধর্ম্ম মহাসভ" গী অয়াং পুরেল ওইখি। মতম খরা রামলালপাল হায়স্কুলগী ওজা ওইরম্মী। মতুংদা কাক্চিপুর পালিটেক্নিক হায়স্কুলদ চহি অনি ওজা ওইখি। গভর্ণমেণ্টকি সার্ভিস তোরক্লে। ইং ১৯৪১ দা পানা পণ্ডিত ওইদুনা মা কোম্লুং পণ্ডিত লোয়শঙগী থবক হৌখি। ইং ১৯৫২ দা মতুং ঐরাপকি থাবম লাকপা ওইদুনা থবক পুখি। ইং ১৯৫৬ তা মা কোম্লুংদা পণ্ডিত অচৌবা (মাইচৌ) ওইখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী প্রেসিডেন্ট, মণিপুর কলেজ গভর্ণিং বোডিগী মেম্বর, মহারাজ বোধচন্দ্র কলেজগী প্রেসিডেন্ট, হিন্দী হায়স্কুলগী প্রেসিডেন্ট, মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভাগী প্রেসিডেন্ট, ইষ্টর্ণ গার্লস হায়স্কুলগী প্রেসিডেন্ট, ওল মণিপুর লাই হরাউবা কমিতিগী প্রেসিডেন্ট, মালেমগী প্রেসিডেন্ট অহুগা শিংজমৈ নাট্য মন্দির, ব্রহ্মপুর কলা কেন্দ্র, সেবা সমিতি খোংমন শাখা অসিনচিংবা সংস্থান-শিংগী প্রেসিডেন্ট ওইখি। মণিপুরগী চিফ কমিসনার হিম্মৎ সিংহগী এডভাইজরি কাউন্সিলগী ওনরেরি মেম্বরসু ওইখি। ইং ১৯৬২ দগী, ৬৯ ফাওবা জে, এন, মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী রিসার্চ স্কোলার ওইরম্মী। অহুগা মণিপুরদা ফোঙবা চেফোঙ কয়াদা অরিবা মৈতৈগী পুন্দিন, মাং লৈবাক থুরাইগী শরুকমগা মরি লৈননা মায়েং কয়া ইখি। মরু ওইনা অরিবা মৈতৈগী মারী-লাইরিক খিজিন-হুমজিনবদা ইশাগী শরু ওইবা খোদাং অমা চাওনা লৌহুনা লাকখি। মণিপুরগী মপান্দা মৈতৈশিংনা তাবা লম কাছার, হোজাই, ত্রিবার, নাগাও, বালুহন্দর অসিনচিংবা মফমশিংদা চত্নুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ব্রাঞ্চনচিংবা লিংবদা অমদি মৈতৈ ময়েকী মরিদা থম-নৈনবগী থৌরম কয়াদা অচৌবা শরুক য়াখি। ডান্স একাডেমীদা লৈরিঙৈদা হায়রা-বাদতা মণিপুরী জগোয়গী মীহুৎ ওইনা ডান্স সেমিনার শরুক য়ারই।

মাইচৌ চন্দ্রসিংহ

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ওজাগী থবকপু শীংথানবা ওইনা "সাহিত্য ভূষণ, সাহিত্য রত্ন" উপাধি পীখি।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা ১৯৭৪ ইংদা কেন্নো পীখি। হৌজিক মৈতৈ মযেক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েশনগী প্রেসিডেণ্ট ওইরি। ওজানা সম্পাদন তৌবা লাইরিক ২৩ শুরে। তম্বামাহন্বাইদি হাপা তৌহনবা কোংথে।

---

## পণ্ডিত তোমচৌ সিংহ

শ্রীকুরিংশাবম তোমচৌ সিংহ ইং ১৯১১দা খুরাও সেবক লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং কুরিংশাবম ৺অঙৌ সিংহ, অপোকপীগী মিং ৺থাম্বী দেবী কৌই। ওজা অসি হৌজিক থাংমৈ-বন্দ মাইরাম লৈকাইদা লৈরে।



পণ্ডিত তোমচৌ সিংহ

শিক্ষাঃ—শ্রীসুংলেপম ৺কুম্মো সিংহ পণ্ডিত সেবক লৈকাইদা লৈবা ওজা অসিগী মকথদা কোর্জ্জাক্তা মৈতৈ মযেক থরবোমনচিংবা তম্বা হৌখি। অমাইবা অমগী হৈকম থোকপা মহৈশিংদু পণ্ডিত অসিদগী তমখি। কলা-কার অসিনা মণিপুরগী লাইফম কয়া অমাইবা অমা ওইনা সেবা তৌরকুবা মতুংদা পেনা অমদি লাই হরাওবগী লাইরোয়চিংবসু থংনিংবা অমা পোকখি। কলাকার অসিনা মহারাজ ৺বোধচন্দ্র সিংকদা দীক্ষা লৌখি।

পেনা :—শ্রীচুংখাম ৺মনিক সিংহদা কলাকার অসিনা খোঙ্গীহুনা পেনা খোংবা অমসুং লাই-হরাওবগী লাইরেম্রচিবা কয়াসু ওজাদগী সিন্নর কংখি।

পণ্ডিতকী মথৌ :—শ্রীবাংবেম ৺নীলমণি সিংহ সাং থাংমৈবন্দ থিনাম লৈকাইদা লৈবা ওজা অসিগী মকথদগী অমাইবা অকপী মথৌ মতম্রচিংবা

পুরমক তমখি। ১৯৪৫-১৯৪৬ তা পণ্ডিত লোইশং কাবা হৌখি। কলাকার অসিনা ১৯৬২ ইংদা র'জ পণ্ডিত লোইশংদা পণ্ডিত অতোম্বা (থার্ড পণ্ডিত) ওইনা লৈবাক্কী সেবা হৌবা হৌখি।

সোসিয়েল সর্ভিস:—কলাকার অসি "ওল মণিপুর উমংলাই হরাওবা কমিটিগী মেম্বর অমনি। মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েশনগী ভাইস প্রেসিডেণ্ট ওইরি। মাইচৌশিংগী নিংশিং ফুমিত্তা (১৯৭৫ ইং) কলাকার অসিনা অকোকলোন শকখি। ১৯৭৬ ইংগী ৪ বা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনগী ফাইনাল, উপাধি সব-কমিটিগী অধ্যক্ষনি।

————

# অশৈবা ৺মনিক

চুংথাম শাগৈদা, খৃঃ ১৮৭৫ অহুবাইদা ইফালগী থাঙ্গোমদা চাউরাক্পা কিংমিং জং য়োম শাপ্পা লৈবা চরাংপাৎ খুলদা ওজা মনিক পোকখি। ওজাগী অপোকপগী মিং ৺ভোম্বা অমসুং অপোকপীগী মিংনা ৺তম্বা কৌই। ওজাগী অহল-লম্বন্না পামজ-তুনা মচাগীদমক খোনজবা মিংদি কোইরেং কৌই। কোইরেং মপা মমাগী মচা কোকহল লাইহল্লি। মথাদা মচল অমগা পোকখি।



অশৈবা মনিক সিংহ

ওজাগী অপোকপা তোঞ্জ, পেনা শকপনা পুন্সিগী মরূ ওইবা শিনকম ওইখি। শিনকম অসিমক মচা কোইরেংবুস্থ নিংখিনা মমুৎ তারা তখীখি। খুল অমদি লৈকাই করাদা শকখিবা শৈকম খুদিংদা মচাবু খোম্বাংহন্দুনা মতম শাংনা লৈবাক

নিংখৌগী লেখ ভৌখি। মাগী ঈশৈ শৈশকী মরক মরক্ত মতাংচানা শা উচেকী মখোন মায়া খেংবা য়াম্না লৈ। মখোয়শিংগী মরক্তা হৌদোং খেংবগী মংতৌ তম্বদদি থাঙ্গৈশংবা হৌদোংমক্ত খোংবগুমই হায়না শিংথানৈ। মরম অসিদগী মতৈমথদদি, তোঙ্গ্রগী অতোপ্পা মিং অমা "চুংখা হৌদোং" হায়না খোন্দুনা লৈবাক নিংথৌনা কৌনখি।

মতম খরগী তুংদা, চুংখা হৌদোং মচা কোইরেংনচিংবা মাগী ইমুং মচুং পুম্নমক চয়াং পাত্তগী ক ককৈকেথেল তথেল লৈকাইদা ময়ম হোংজক্লনা লৈখি। চুংখা নেমথরকপগা লোয়নবা থাগী অইংবা থাবলনা অমুম অমুম তাইবং পুক্রিং ঈংবা ঙাম্লকপগুম অপোকপা চুংখা হৌদোংনা অংল ওইয়কপনা মত্তিক মমাংই শোঙ্গত্রবদা কোইরেংগী পেনা শৈশক্তা মৈত্রবাক্তা থাবলগুম তানবা হোয়কখি। মৈত্রবাকী খুল-লৈকাই খুদিংদা কোইরেংগী পেনা শৈশক তানরকখি। তাক্লবা মীপুম খুদিংগী থম্মে ইবু পেনহনখি; খ্বাই পুম্নমকী পুক্রিংদা "মহাকসিদি পেনা শৈশকপশিংগী মনিকনি (মনিনি)" হায়না থম্নখি। মতৈথংদা মীয়ামগী অনিগুবা অমসুং অপাম্বা মতুংইন্না কোইরেংগী মিং "মনিক পেনা শকপা" হায়না কৌনখি।

ওজা মনিক অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা অপোকপা মপাগী মফমদা পেনা তম্মকই। অপোকপনা শকপা শৈফম খুদিংদা ওজানা থোম্বাংলকই। অশংবা মতমদা ওজাশিংগী মফমদা লৈতৈগী থাং-তা তম্বা চংলি। মখোন কারক্লবা মতমদগীদি থাঙ্গৈশংবা ওজাগী পুন্সিদি পেনাদা কংথোক্লবা পুন্সিনি। লৈবাক্তী সেবা ফংদবা মতমদা মচা সেবকশিংগা লোয়ননা পেনা ঈশৈ ওয়াই অমসুং তম্বিহনা মতম লেপ্লি। পুম্নমক অসিগী মরক্তা, কম্বিগুম্বা অহাংবা মতম ফংলবদি শতং (শতরঞ্জ)গী মশাম্না থবাই মাগনা শাম্নে অহুবু মতৈ-থংদদি পেনা নত্তগা অতোপ্পা শিনফম অমা ওজানা পায়বা লৈখিদ্রে।

অপোকপী অমসুং অপোকপনা তাইবং থাদোকখ্রবা তুংদা, ওজা মনিক ককৈকেথেল তথেল লৈকাই থাদোক্লমহনা, লমল ইদা লৈখি—মথংদা খুরাই চিঙাংবম লৈকাইদা লৈখি। ওজাগী লোয়নবী (নুপী) অহমনি। কুম্বালাদগী পেমচা, লমলাইদগী বাঙ্গাল অমসুং খুরাইদগী অনৌবী অসিনি। ওজাগী মচানিপা অহুম পেমচানা পোকখি। হৌজিক লৈরিবা ওজাগী নক্লবা মরী হায়বদু অনৌবী অমসুং মচা অতোনবা অমথক্তংগা লৈরি।

অশৈবা ৺মনিক

ওজাগী পুন্সিদি পেনাদা কখোক্লবা পুন্সিনি। পুন্সিগী থিংকুপ পুংজা খুদিং, পেনাগী শৈশক-শৈশা, অমসুং শৈরোল্লচিংবশিং অসি করম চৌরগা কয়বা, পুংশিবা অমসুং অচুবা কংগনগে হায়বসিত ওজানা থম্মুনা লৈখি। কংলকপা অচুবা শৈশক শৈশা শৈরোলশিং অহু মচা সেবকশিংদা অচান মীয়াই নাইদনা, অথাকপা লৈতনা তম্বীখি। ওজাগী হোংনবসি মচৈ য়াম্লি-য়াক্লে থক্তনিংবদগী শোক ১৯৩৮ ইংদা, খুরাই চিঙাংবম লৈকাইদা ওজাগী মমাং শক্লোইমক্তদা পা অমা চুপ্ন সেবকশিংবু পেনা শকপা তাম্লহনখি। মশিদা মরুওইনা ওজানা মিংমেং চঙখিবদি—নিংথৌরোন কয়াগী হাক্তক্তগী শেলনা শকপা ওজাশিংনা চৎনরক্লবা ঊতৈশগী পরিং, পথাপ থিজেৎ অমসুং ক্লক্লমনচিংবা ঙাকপরা ঙাক্তবরা হায়বশিদনি। অয়োইবদ, ওজানা মচা সেবকশিংদা—"ঐনা পামজব অমসুং নিঙজবশিং অহুমক নখোয়না উৎপা ঙমদে" হায়দুনা থাগৎ বাহৈ কয়া হায়বগা লোয়ননা হয়াও পুংঙাই ফোং-দোকখি।

অমুম তৌরা ওজা অসিনা লৈবাক নিংথৌগী অকবা মিংচেং অমদি মনা কয়া ফংলদুনা, মচা সেবক কয়াগ লোয়ননা পেনাবু শকচ শোক্ল-রকখি। হকচাংগী পাঙ্গমা নেংম নোংমগী শোক্তরক্লবদ, শকপ শোনবা ঙম্লক্তনা নিঙবা কায়বা ওইরকই। পুন্সিগী লেইরক্লপাই ত স্কক অমদা "মন খিবদা নাই থিবগা থেংবৈ" হায়বগা পীনিঙদুনা লৈরব ওজা মনিকা পামদুন থিরক্লবা কবি রত্ন অঙাংহনগা লইগী থোইনশিন্না থেংনরখি। কবিগী থৌরবা থোর্জ্জদা অশৈবনা পেনাগী পম্বিং শৈরোল থরা থোইনশিন পীখি। মীদনা, কবিনা "থবা থোইবী শৈরেং" পুখোকখি। থবা থোইবী শৈরেং, অশৈবা অমদি কবি অনিগী অপুনব মৈত্রবাক্তী নহারোলদা পীরবা খুদোলনি। মৈতৈ সাহিত্যগী পুক্তদা থব-থোইবী শৈরেং বতিক-মমাই লৈবা ঙান্দুনা মমথ্রবা অশৈবা-কবি অনিবু মতম চুপ্পা শক্তাকপা ওইদুনা লৈহৌরগনি।

ওজা মনিক মশাগী চহী ৮৪ শুবা মতাং, শোক ১৯৫৮ ইংগী ক কয়াত্রা (নিক্কয়াদশমী) তুম্লিতা মশাগী লৈকম খুরাই চিঙাংবম লৈকাইদা, তাইবং থাদোক্তুনা মপুগী খুমা তানখি। ওজানা পামজরম্ব তুংইন্ন ওজাগী মচৌ মচম হৌনবা পুথা (সংস্কার অহিসক্কার, অমসুং শ্রাদ্ধ কর্ম্মচিংবা) শেন গা লোয়ননা শক শোন্দুনা পাংথোকখি।

# শ্রীঅহৈবম তোমচা সিংহ

শ্রীঅহৈবম তোমচা সিংহ, শকাব্দ ১৮১২ ইঙাগী ১৪ নি পানবা নৈবাক-পোকপা হুমিদ্ভা পোকই। চীংঙামথা হৈয়াঙ্গোই থোং অহৈবম লৈকাইদা ওজাগী পোক্লকমল্লি। অপোকপগী মিং মরৈ সিংহ অহুগা অপোকপীগী মিংনা অতো দেবী কৌই। অপোকপা অপোকপী অনিমক লৈখিত্রে।



শ্রীঅহৈবম তোমচা সিংহ

ওজাগী চহি ৫/৬ শুরকপা অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিদা পুংযচা পায়হুনা যৈবা চোংবা অহুকী মতিক পামজনা হৌরকই। মরম অহুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৈন-জরবা ওজাগী মতৌ উরগ পোক-মিল্লবা মমাখা অহল ৺অবেয় সিংহনা পুংগী মরোল খোল্লবা তম্বিবা হৌরকখি। অহুমা মক মনাউদা করম খুং থমগদগে থর-থরা থঙলল্লবা মচুং চহি ১০ যোম তুরকপগী মতমদদি লৈবাক খুইনা কোক নোয়খুবা ওজা শ্রীখোকচোম ৺মনাউ সিংহদা চঙজহুনা অমুক ওজা বোরিজয়গা বাসক, সুরোংবা, গ্রাজুনচিংবগী পুং যৈবা তম্নবা মচা খায়না খায়না তম্লকখি। মথক্তা পঞ্জখিল্লবা ওজা ৺মনাউ অসি য়ুমশংবীবু পোকপা ওজানি। মথং মথং অহুমা ওজা-শিংগী থৌগল তৌজরকপগা লোইননা য়ুমগী অবা-অমা মতেং পাংনর-বগীদমক কোল-লীক হৈবগী থবক্তুসু অহাঙবা মতমদা য়াওখি। লোয়-ননা ক্ষেত্রি ৺চাউভল কৌবা ওজদা মথং মথং তালগী খেয়া খেল্লবা মচা তানা তম্লকখি।

ইবিংখৌ ৺বোধচন্দ্র সনা হাক্তগা নাম পালাগী হিদং অমমুং পালা লোয়শঙগী অথনবা অগ্নিবা পালাগী হিদং ওইখি।

অহুমা গোবিন্দগী থৌগল অমদি অঙবশিংগী মাথং হিজোক্তনা লোয়নজবা

মতৌদা লেনবিহুনা নাম পানাগী চক্লবা হাপখি। মথং অদুগু পান্দা মাইরগী হক্লবা হাপখি। অগুম্না মথং মথং থবক থৌরম কাম্বদনা সেবা কংলকপনা অঙত-অথৌশিং অমদি পণ্ডিত মণ্ডলীনা লেনবিদুনা চৈরাওবা "শঙভু শঙলাকপ।" কম হাপখি।

ইনিংথৌগী সনা হাত্তক্তা মবুথৌ পাখংবা হয়াউবগী মমাংদা থাদক কাংনবদা সনা পুক্লিংদা লেনবিখিবদগী খামেন চৎপা, খুজি, তাদ, লমথাং থুৎহক, রেশম ফুরিং অমসুং কয়াংজি ফিদা পিবিখি।

মসিগী মতুং মথাগী চহি অসিমক্তদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ব'স্ত্র-বিশারদ উপাধি পীখি। ওজাবু মরিগুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা এসোসিয়েসন্না বাস্ত্রাগার্য্য উপাধি পীখি। লোয়ননা, ইং ১৯৭৫ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা পেন্সন পীখি।

# শ্রীমতি মণি দেবী

শ্রীমতি লাইমযুম নিঙোল মণি দেবী, শকাব্দ ১৮১৯ দা পোকই। অপোক-পগী মিং বাপুমাইমা শর্ম্ম, অপোকপীগী মিং অনৌবম নিঙোল ভথোৎ দেবী কৌই।



শিক্ষা :—প্রথম ভাগ, দ্বিতীয় ভাগ, চানক্য শ্লোক, শিশুবোধ অমসুং সংস্কৃত অমদি ব্যাকরণ কৌমুদি তমখি।

কল'বিদ্ধ :—শ্রীমতিগী মথাগী চহি ১০ রোম গুরকপা মতমদা শ্রীলাইমযুম শেঙ্গে'ই শর্ম্মাদা বাবিহুনা জগোই অমদি ঈশৈ তম্বা হৌখি। মথংদা গুরু শ্রীথোক-চোম অঙাহল সিংহ কোনশম অঙাহল সিংহ, শ্রীকুম'ইলাংপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা অসিনচিংবা ওজাশিংগী মফমদগী ঈশৈ লোংমাই তমজখি। অসিদা নত্তনা অতৈ কুপী ওজাশিংদসু শিক্ষম কংখি।

মখোয় অহুমী মথিং মথংশিংনা ইরি :—শ্রীমতি [illegible] দেবী, শ্রীমতি মাইবু দেবী, শ্রীমতি লাইময়ুম কুমারী দেবী, শ্রীমতি [illegible] দেবী অসিনচিংবা।

কলাকারসিগী খোইদোক হেক্লেক্পা ভূগ :—শ্রীমদ্ভাগবত, রাসপঞ্চাধ্যায় (অধ্যায় মেক) চিনকা পুই। রাসপঞ্চাধ্যায়[illegible] মরক্তা ভাব টিকাপা মায়তুনা মহারাসকী [illegible] ( [illegible] ) [illegible] শোনবা ঙমই।

কলাকার অসিনা চহি ১২ ওয়কপদা [illegible], রাস, খুবাক ইশৈ অসিনচিংবা রাজকুমারী[illegible] চিংদনা মাওখি। শ্রীযুক্ত সেনাপতি ৺ডুবু [illegible] মাতোম্বী অমি মথাশিজ মথং ইবেমনা ম [illegible]। [illegible] দেবীবু মথাশিজগী ম মাথং মতুংইন্না কলাকার [illegible]। মতম অমুদা শৌয়াম্বী অসি ম কোক্লুংদা লৈ। [illegible] তম্বা তম্বা পীবিরকই।

খোক ১৯৭৩ ইংদা মণিপুর স্টেট কলা একাডেমীনা রাসপঞ্চাধ্যায় অমত্তুং মহারাসকী মপুং ফানা টেপ রেকোর্ড তৌখি। মৌজিক মণিপুর স্টেট কলা একাডেমীন, থা থাগী ওইনা লুপা ১৫০·০০ (হন্দ্‌ ভয়ামত্তা) পুদি চুমথী পেন্সন পীখি।

কলাকার অসিনা শ্রীগুরুমহুম ঠাকুর শর্মাগী মাওখতা চহি খুদিংগী অহোরাত্র কীর্তন শক্লি। মৌজিক কলাকার অসিগী চহি ৮০ ওরে। হকচাং কনা লৈরি।

বিঃ দ্রঃ— শ্রীমতি থোম্বানী মণি দেবীনা উচ্চারণ শেংনা শ্রীমদ্ভাগবত রাসপঞ্চাধ্যায়নচিংবা পাঠ তোবা অমদি সেবকশিংদা ভাবনা উবদা [illegible] খোকখি অচৌবা কলাকার মণিপুরগী মহুংদা মথক্তনি হায়বদা হায়মবা থোক্লে।—সম্পাদক

---

শ্রীমতি মণি দেবী

# শ্রীকালাচান্দ সিংহ

শ্রীনোংমৈকাপম কালাচান্দ সিংহ ইং ১৮২৮গী হিয়াঙৈ থাগী ২২ নি পানবা নৈবাকপোকপা হুমিত্তা শিংজমৈ বাংমা শ্রেন্ত্রি লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং শ্রীনোংমৈকাপম তোম্বা সিংহ, অপোকপীগী মিং ৺অঙাংপেম্বা দেবী কৌই। হৌজিক ওজা অসিগী চহি ৭১ শুরে।



শ্রীকালাচাঁদ সিংহ

বাদ্য শিক্ষা:— অপোকপা অমদি অপোকপী অনিগী অপাম্বা মতুংইন্না শ্রীপেবম ৺চাওবা সিংহদা খোরিজুনা পুং তম্বা হৌখি। মতম অসিদা ওজাগী চহি ৭ তা মঙাইরি। চহি ১৪ চুপ্পা ওজা অসিদা পুং তমখি অমসুং সঙ্কীর্ত্তনগী হিরম কয়াদা কুপ্পা শিক্ষম ফংখি। তাল ১দি ক্রমেলমচিংবা অকুপ্প হিরম কয়াস্থ তমখি।

অদৈ ওজাশিংদগী ক্রমেল মখি—গৌক্রমেল, লাইরেম্বা ক্রমেল, মহা-ক্রমেল অমসুং নিত্যাই ক্রমেলমচিংবা তমখি। শ্রী.থাকচোম ৺তে বী সিংহ ওজাদগী সনাতন সঙ্গনচিংবা তমখি। মণিপুরগী মপান্দা আসাম, কাছারগী মৈতে তাবা লমশিংদা রাস, বাসক, কর্ম্মনচিংবা কয়াদা পুং মৈখি। মহারাজ ৺চূড়াচন্দ্রগী স্না হাত্তক্তা মচুং চৈরাপ পালাদা পুং মৈরকখি। মহারাজনা পেনবিদুনা খাম্নেনচৎপা, রেশোম ফুরিৎ, স্না থুজি, তাদনচিংবা পীখি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী খোগল তোঙখি। মহারাজ ৺চূড়াচন্দ্রনা থুপথু মদা ওকেস্ত্র মহারাজগী স্না হাত্তক্তা নাম পালাগী হঞ্জবা হংপ্রাদুনা গোবিন্দগী খোগল তোঙবা হৌখি।

টি, কে, এস. নট কলেজ ১৯৭০ ইংদা শিংথত্তুনা নহারোসশিংবু কলা শিক্ষাগী শিক্ষম পীরি। কলেজ অসি সরকারনা মশক শংলবা ১দি মতেং

শীরবা কলেজ অমনি। ইং ১৯৭৬ কী ৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনগী এ:সোসিয়েশনগী ওজাগী ওপর শকথঙবা ওইনা "বাস্তাচার্য্য" হায়বা উপাধি অমি পীখি। ওজা অসি হৌজিক হকচাং ফনা লৈরি। লৈমাকী সেবা তৌরি।

---

# শ্রীলৈশাংথেম ইবোহল সিংহ

শ্রীলৈশাংথেম ইবোহল সিংহ হৈয়াংঙোই থোং, নিংথৌখোম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মিং ৺তালচৌ সিংহ অপোকপীগী মিং রাজকুমারী স্নাজাওবী দেবী কৌই। ওজাগী হৌজিক চহি ৬৮ শুরে।



শ্রীলৈশাংথেম ইবোহল সিংহ

শিক্ষা :—নিংথেমচা কাবোং এল, পি, স্কুলদা অহানবা শিক্ষা ফংই। চিংঙামথোং এম, ই, স্কুলদা ক্লাস *IV* ফাওবা শিক্ষা ফংখি। অচাং ওইরিবৈদগী হৌনা ধর্ম্ম কর্ম্মদা মায় ওনশিনবা পামখি। মতুনা মরম ওইরম্বা শ্রীনোংথোম্বম ৺মদন সিংহ হায়বা কৌবা ওজা অসিদা সারস্বত ব্যাকরণ রামায়ণ, মহাভারত, বায়ু পুরাণ, লক্ষ্মণ-দিগবিজয়, ছন্দমঞ্জুরী অসিনচিংবা লাইরিক কয়া তমখি।

মতম অমদা বারী লিবা, লাইরিক হায়ব থিবনচিংবগী শিনফম অসি সমাজদা অরাংবা, অয়েক অম ওইনা লৌরম্মী। শ্রীসিংহনা ৺মদন সিংহদগী বারী লিবা তমখি। বারীলিবা কুপ্ন হৈনিংবগী মথাদা ইরিবা ওজাশিং অসিদা থজ্রখোই। ওজাশিংগী মিংথি—শ্রীসরাংথেম ৺সুগিন সিংহ, শ্রীনাওরেম ৺লৈরেঙ্গাও সিংহ, শ্রীমাইস্নাম ৺তাবী সিংহ অমসুং আজ্ঞা তম্ফাজাও

লৈগী সেবা তৌদুনা লাকখিবা ওইখি। ওজাগী চহি ২১ হুবা মতমদা শিতল ওইনাম লৈকাইগী ইমা ইবেমশিংনা চানবিদুনা লাগী লিবা লাপখিই হৌজিক ফাওবা ডদুনা খোংগল তৌরি। মহারাজ ৺চুড়াচাদগী মা হাজন্দা কোমুংগী খোংগল ডদুনা তৌখি। ওজাগী মতিক চায়বা সেবক কয়া লৈরে। হৌজিক মণিপুরগী মফম কয়াদা ডদুনা সেবা তৌরি। ইং ১৯৭৬ দা হুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা ওজাগী শকথংবিব' ওইনা রিসার্চ এসে'-শিরেশনা "ব্যাখানাচার্য্য" হায়বা উপাধি অসি পীখি। হৌজিক ওজা অসি হকচাং কনা লৈরি অমসুং লমাজগী সেবা তৌরি।

---

## শ্রীইবোমচা সিংহ,

শ্রীতৈরোম ইবোমচা সিংহ খোরাল সব ডিভিজনগী মসুংদা লৈবা উয়াল বস্তির মনার ১৮৩২ দা পোকই। (ওজাবু মীয়ামনা উয়াল ইবোমচা হায়নগা থংলৈ)। অপোকপগী মিং ৺চাওবা সিংহ অপোকপীগী মিং ৺মুখী দেবী কৌই। মচিন মনাও ১১ পোকই। নিজোল ৪ নি প্রিবা ৭ নী ওজানা অত্তোবনি। ওজাগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুঙ্গিদ অখোংবা মত্র অসি য়ম্না পাম হৌরকই। ওজাবু পোকপা ৺চাওবা সিংহনা খোব ল মাইকৈগী অশৈবা (পেন শকপা) মীশক অমনি। মরম অদুনা ওজাগী মরাখা ৺পারিজাং সিংহনা পেনা য়াম্না লিংখিনা শকপা তমখি।



শ্রীইবোমচা সিংহ

লিকা :—শ্রীতৈরোম ৺খোকা সিংহগী কোর্বাক্তা লাইরিক তবা হৌখি। তৈতৈ লাইরিক (তৈতৈ মরেক) নী ওজাদি ৺পারিজাং সিংহ (ওজাগী মরাখা অহল) নি।

পেনা তম্ব :—চহি ১০ হেক গুরুকপদা পেনা তমজনিংবনা মরুম ওই-রুদুনা হৈন্নাম ওজা পারিজাৎ সিংহ অমসুং কোইজম চাওবা সিংহ ওজা অনিদা চংদুনা পেনা তম্বা হৌখি। শ্রীচুংথাম ৺মনিক সিংহদসু পেনা ঈশৈ তমখি। ওজাগী চহি ২০ গুরকপদা পেনাগী শৈকম পুদুনা অশৈবা অমা ওইনা লৈবাক্কী খোঙল তৌখি।

মৈতৈ পুং—ওজা ইবোমচা সিংহনা শ্রীরাংখেম ৺মনাও সিংহ উন্নালদা লৈবা ওজা অসিদা অহানবা ওইনা পুং তমখি।

নট ঈশৈ :—শ্রীরাংখেম দামু সিংহগী মচিন-মনাও ৪ পোকই। মনাওনা অতোনবনি দামুনা অহলনি। ওজা দামু অসি ওজা ইবোমচা সিংহগী নটকী ওজানি।

শ্রীমনাও সিংহ খোবাল মাইকৈগী মমিং চংলবা পুং য়েৰা ওজা অমনি। ওজা অশৈবা অসিসু য়াম্না নিংথিনা পুং য়েবা ঙমই।

মনা মথুম ফংখিবশিং :—স্নাথু্া রাইমা মোইরাংখোম তাবা সেনাপতিনা খুজি, তাল, মনা ওইনা পিখি। স্নাথুানা পীবা মনা অসি লৈবাক্কী ওইনা শিজিন্নবা য়াই তৌইওমসুং স্নাকোনুংদা ঈশৈ শকপা মতমদা শিজিন্নবা য়াদে। মরম অমুনা চুড়াচাঁদ মহারাজনা মনাশিং অসিবু শক থংবিবা ওইনা স্না খুজি, তাল, লমথাং খুৎহক, রেশম ফুরিৎ, হিদাকফু পুম্ফানচিংবা মনা মথুম পীবিখি। শ্রীযুৎ ৺বোবৎন্দ্রগী ম হাক্তক্তসু রেশম ফুরিৎ মনা ওইনা ফংখি।

পেনা শৈশক :—মোইরাং কংলৈরোন, মৈতৈ কংলৈরোন, মৈতৈ লৈশেম-লোন, শোয়াস্তা পেনা পালানচিংবগী ঈশৈ শকই। শোক ১৯৫৪ ইংদা রাষ্ট্রপতি রাজেন্দ্র প্রসাদ অমসুং প্রধাণমন্ত্রী নেহরুনা মেডল অমা পীখি (মেডল অদুদা হিন্দী ময়েক্তা "জন রাজ্য দিবস ১৯৫৪ * লোক নৃত্য উৎসব" হায়না থাই। ময়াইদা পুংয়েবা রুপা অমগী শক্তম য়েকই)। নিউ দিল্লিদা পেনা ঈশৈ রেকোর্ড তৌখি। ঈশৈদি :—"কোইরেং থাংজিং কোইরেনলাই" হায়ব-সিনি। ১৯৭১ ইংদা মণিপুর ডান্স সেমিনারদা অশৈবা অমা ওইনা শক্তক য়াখি। ওজাগী খোইদোক-হেন্দোকপা গুণ অমনা হৌজিক ফাওবদা পেনা খোংবদা

লঙনা মরক মরক্তা সঙ্কীর্ত্তনগী পুং নৈ, ঈশৈ শকই, ঝুগোন মুপীপালা ভবীবগা লোইননা পুং নৈ।

১৯৭৫ ইংগী অহুমশুব' অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা "চৈজিংলেম্বা" হায়বা উপাধি পীখি। হৌজিক হকচাং ফরি নৈবাক্তা সেবা তৌরি।

---

# শ্রীরাধামোহন শর্ম্মা

শ্রীঅনৌবম রাধামোহন শর্ম্মা শকাব্দ ১৮৩৬ সৌর ভাদ্র দ্বাদশী হুমিক্তা সাং ময়াংলাংজিংদা পোকই।



শ্রীরাধামোহন শর্ম্মা

শিক্ষাঃ— শ্রীলুক্রাম তোম্বা সিংহদা সারস্বত ব্যাকরণ তমখি।

ঈশৈ তম্বাঃ—শ্রীনাওরেম থম্বৌ সিংহদা ইহান হান্না ঈশৈ তম্বা হৌখি। মথংদা শ্রীনাওরেম থম্বৌ সিংহ, শ্রীনিংথৌখোংজম যাত্রা সিংহ, শ্রীনাওরোইবম ৺কমল সিংহ অমস্তা অভিরাম শর্ম্মানচিংবদা ঈশৈ তমখি।

দুহার :—লাইশ্রম ৺মাইপাক সিংহ, শ্রীথাংজম চাওবা সিংহ ওজা অনিমক্তা দূহার চৎপা তমই।

মৈতৈ পুং—শ্রীনিঙোম্বম খোমৈ সিংহ, গুলাব সিংহ ওজা অনিমক্তা পুং তমখি।

ধুলোক :—শ্রীগুলাব সিংহ, শ্রীমুতুম ভরত সিংহ ওজা অনিমক্তা ধুলোক তমই।

মোইবুং :—শ্রীহুঃলাপ সিংহ ওজা অসিদা মোইবুং খোংবা তমই।

ওজা :—ডি কলা বিদ্যা মন্দিরগী লুচিংবা অমা ওইনা সঙ্কীর্ত্তনগী ওজা ওইরি। কলা বিদ্যা মন্দিরদা সঙ্কীর্ত্তনগী হিরম থুদিংমক্তা মুপামচা অমসুং মুপীমচাশিংবু শিন্দম পীরি।

সমাজ সেবা ঃ—শ্রীঅনৌবম রাধামোহন শর্ম্মা ডি মণিপুর কলাবিত্যা মন্দির লমদেং খুনৌগী কাউণ্ডর প্রেসিডেণ্ট ওইরি। ১৯৭৫ ইংগী অহমগুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদ, ' সঙ্গীতার্য্য" উপাধি পীখি।

আজ্ঞা অসি কলাবিত্যাগী শিনফম খুদিংমক খরা খরা ইগু গুনা হৈবা কলাকার অমনি। নট সঙ্কীর্ত্তনগী জগত্তা মমিং লৈরবা মীশক অমমনি।

---

# শ্রীতাওরেম গৌরচান্দ সিংহ

শ্রীতাওরেম গৌবচান্দ সিংহ, শগোলবন্দ পাৎশোই তাওমং ( পার্ট ৪ ) দা শকাব্দ ১৮৩৮ থবান থাগী ২০নি পানব ইরাই হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং ৺অমু সিংহ, অপোকপীগী মিং থোৎলৈ দেবী কৌই।



শ্রীগৌরচান্দ সিংহ

শিক্ষা ঃ— ওজাগী ইতোন শ্রীমুক্তা সিংহনা আদি শিক্ষা গুরুনি। গুরু অসিনা কোর্দাক্তা লাইরিক ইবা তম্বীবা হৌই। ওজানা মচিন-মনাও ১০ পোকপগী মসুংদা অহলনি। ওজাগী অপোকপগী যুমলোন্নবা মরূপ শ্রীখোকচোম নোংব'ন সিংহদা লাইরিক থিবা তমই। মতম খরা হান্নরিবা শিনফম অসিদা লৈকাইগী সেবা তৌখি। সাং যুরেম্বমদা লৈবা শ্রীখোইরোম ওজা খম্বা সিংহদা প্রেম ভক্তি অষ্টকাল লীলানচিংবা তমই।

ওজাবু পোকপা অপোকপগী শিনফমদি ঈশৈ শকপনি। অপোকপনা শিনফম অসিদা মচাবু পুশিন্নবা হোৎনখি। মহুগী ফলনা ওজা অসি থিন্দনা ঈশৈ শকপা তমখি। পাৎশোই ( পার্ট .টু ) দা শ্রীইরোম মাধী সিংহনা ঈশৈ হন্দুনা কাংগী মুপামচা পালা অমা তৌখি। মহুদা ওজা অসিমু শরুক য়াখি। মুপামচা পালাগী ওজা 'অমুদোনবী সিংহ কাক কৈথেলদা লৈরনা

ওইখি। ওজা অসিনা হুংশিবিহুনা শ্রীগৌরচাঁদ সিংহবু কাক কৈথেলদা থমখি। ৺গৌরমণি শর্মাগী ঝুলোন হু'প মচা পালাদা থোমবাংহল্লি। কলা প্রেমী অমনি হায়বা থংবিহুনা শ্রীশগোলশেম তোমচৌ সিংহ (জোগাই শাবা) বাহেংবম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার (মাধাই শাবা) ওজা অনিনা গৌরলীলা য়াওহনখি। পাংশোইদগী খোংনা চত্না রাম্মা রানা বিথা তমখি। ওজা অমুদোনবী সিংহনা হুংশিবিহুনা শ্রীয়ুম্নাম নাতুম সিংহদা বোরিহুনা ঈশৈ তমখি। লৌক্রাকপম লৈকাইদা লৈবা ৺পুষ্ম সিংহদস্থ শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী মরমদা থরদং তমখি নোঙ্গিয় শর্মাদগী গোরলীলা তম্নীবগী শিন্দম ফংনা ফংনা অঙাংশিং তম্বীবা হৌখি। ওজা নাতুমনা মখৎ পালান্দোদা শিন্নবিহুনা ঈশৈ তমখি। সাং সলামদা লৈবা মাইবম ওজা চাওবদা ঈশৈ তমখি।

জাপান লালগী নতমদ ওজা নাতুমনা শ্রীসিংহগী য়ুমদা লৈখি। মতম অমুদা ওজাদগী ঈশৈ নিংথিনা তমখি। ওজা নাতুমনা লৈখিদ্রবা মতুংদা সাং তেম্না কৈথেল গীতাথিবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীকোঙ্গ্রাইলাৎপম মণি শর্মাগা লোয়ননা সঙ্গীত সভা অমা শেমখি। মমিং দি সঙ্গীত সম্মেলনী সভা কৌই। শ্রীমোইরাংথেম সেথ সিংহনা প্রেসিডেণ্ট, শ্রীমণি শর্মানা সেক্রেটরী ওইখি। সভ অসিনা রাম্না থম্না নৈনরবা মতুংদা মৈতৈলোনগী থুবাক ঈশৈ, হোলী অতৈ শৈরেং কয়াস্থ পুথোকখি। লাইবক ফবদগী ঈশৈশিং অসি অহানবা ওইনা শ্রীগোবিন্দগী মাওবতা শ্রীসিংহনা শকখি।

শ্রীসিংহ অসি লৈবাক্লা মশক থংলবা ঈশৈ শকপা ওজা অমনি। মাগী সঙ্গীত সেবা উবদা এসোসিয়েশন্না "মরিগুধা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন (১৯৭৬) দা "সঙ্গীত বিশারদ" হায়বা উপাধি অসি পীখি।

---

# শ্রীতখেল্লম্বম নবকুমার সিংহ

কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাইদা, শকাব্দ ১৮৪১গী থবান ১৯নি পানবদা শ্রীনবকুমার সিংহ তখেল্লম্বম্ শাগৈদা পোকই। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মিংনা শ্রীথম্বাল অঙৌ সিংহ অমসুং শ্রীমতি মণি দেবী কৌই। মচিন-মনাও সুপা মঙানি। ওজা অসি, অহনগুবা অমসুং অহল-লমনগা বামিন্নরক্লবা মচানি। ওজা অসিনা পুংকক চাওরকপা মতম অহুবাইদা অহল-লমন কাম্রনখি। ময়াম্বা অহন্না মীওই চাদবা অমসুং থংনবা ময়াম্বনা নহা ওইবগী বাথলদা তাউথিবদগী ওজা অসিনা ইমুং-মসুংগী ভার পুখি। ওজা অসিগী অহানবা সুপীনা মচাসুপী অমা পোক্লবা মতুংদা থাম্নখি। অকোনবা সুপীনা মচা সুপা অমগা সুপী অমগা পোক্‌না



শ্রীতখেল্লম্বম নবকুমার সিংহ

হৌজিক ফাওবা তাইবংপানগী য়ুম্বান্দা মন্না চেকশিন্না ইংনা-তপ্না পাল্লি।

কলা বিদ্যাগী লমদা :—গৌরলীলা, শনখেনবা অমসুং কংসবধমচিংবা লীলাশিংদা অপোকপগী মথাদা তোয়না শক্লক য়াখি। অপোকপনা মখোও শোম্বীরম্বদগী কলাকার অমা ওইনা, মতম মতমগা চুনরবা শুমাংগী কাগি লীলাদা সমাজ সংস্কারগী থৌদাং লৌবা হৌখি। মতম অহুগী "ফোক-লীলা" হৌজিক ফাওবা বান্নীনরি।

কলাবু হেন্না পামজবদগী ড্রামাদা অমুক থোংলাবা হৌখি। লৈখিদ্রবা শ্রীকানজৌবম ইবোতোন সিংহ ১মসুং থ্‌াহিনা সিংথেমজাও হায়রগা থওমবা শ্রী চোংথাম মমুধ্বজ সিংহ ওজা অনিদা ড্রামাগী গুরু ওইখি। শুমাংলীলা অমসুং ড্রামাদা মণিপুরগী মফুং অমসুং মপানগী লমশিংদা কোইনা চত্‌না লীলা কয়া উংখি। কাছার, ত্রিপুরা অমসুং ছিলেটনচিংবা মফম অয়াম্বদা

মতম শাংনা লৈখি। অমসুং লমলমশিং অদুগী কলা শামজনশিংগী মরক্তা তিন্দুনা লীলাশিং তম্বিখি। মদুদগী হৌনা হৌজিক ফাওবা ওজা অসিবু শোয়দুনা লৈহৌরি।

মনাও ইবুংঙো শাবদা ওজা অসিদা স্বর্গীয় শ্রীযুৎ মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা পেনখিন্নবা 'খাম্বেন চৎপা' মমা ওইনা পীখি। মণিপুরদা ওল মণিপুর যাত্রা ফেষ্টিভেল লাকখিবদগী ফোক প্লেশিংদা বেষ্ট ডাইরেক্টর অমসুং বেষ্ট এক্টর তানুনা অরাম্ব মতমদা লাকখি। হৌজিক ফাওবা ওজা অসিনা তম্বিবা ফোক প্লে অমাখা শাংথানরি।

মণিপুরদা রেডিও ষ্টেশন লৈত্রিদ্রৈগী মমাংদা, ইহান হাম্না রেডিওদা মণিপুরগী শুমাং লীলা শাম্নখিবা "সেনাপতি টি.কল্লজিৎ" গৌহাটি রেডিও ষ্টেশনদা পাংথোকখি। হায়রিবা লীলা অসি ওজা অসিগী লমজিং মথাদা পুথোকখিবনি। মতুং, ইং ১৯৭৭ দা মণিপুরগী যাত্রা কাংবুশিংদগী কলাকারশিং খল্লৎলগা "কংলা খবালদা থবাল" হায়বা শুমাং লীলা অমা পুথোক্লবা ওল মণিপুর যাত্র এসে সিয়েশন্না শিল্ল'ংখি। হায়রিবা শুমাং লীলা অসিগীদমক ডাইরেক্টর ওইবিনব খনবদা অর ব অমা ওইখি। অদুবু হন্ন-হন্না খন্নরবা মতুংদা হায়রিবা শুমাং লীলা অসিগী ডাইরেক্টর ওজা অসিবু খনখি।

সমাজ সেবী অমা ওইনা :— মণিপুরগী যাত্রা কাংবু অমসুং কলাকার-শিংগী অরাবা হীরম কয়া কয়দোরগা .কাকহনবা ওমগদগে হায়বা থিরকখি। মতম থরগী মমাংদা, যাত্রা সংস্থানশিংদা সরকারগী শেল-থুমগী মতেং পীরমদে। লীলা কৌরগা দক্ষিনা পীরক্তবা অমসুং কলাকারশিংগী চথোক-চৎশিনদা অরাবা কয়া তারবশিং অম্ল কোক্লনবা অথও-অহৈশিংদা হংজিনবা হৌখিবা লমজিন খাবশিংগী মতুংদা ওজা অসিসু অমনি। ওজা অসিনা শেমগৎ-শাগৎচবা "ডি ইষ্টর্ণ যাত্রা এসোসিয়েশন" ইং ১৯৬৩ দা রেজিস্টার তৌখি। অসিনা মণিপুরদা যাত্রা সংস্থানশিংগী রেজিস্টার তৌবা ইহান হানবনি। হৌখিবদা অমতা তৌখিদে। মতুংদা অতোপ্পা যাত্রা কাওবুশিং রেজিষ্টার তৌনবা, মদুগী কায়বা কয়া শন্দোকপা মীশক অমসু ওইখি।

অসুম তৌনা কলাকার অমা ওইনা অমসুং সমাজসেবী অমা ওইনা লাকপা পুক্লিদা অরাবা-হুংঙাইবা কয়াগী থৌরম কয়া মায়োক্লয়কখিবা অদু

যৌজিক কাওবা মায়োক্নবা ইং ১৯৭৩ দগী হৌনা ওল মণিপুর যাত্রা এসো-সিয়েশনগী চিয়ারমেন ওইবগা লোয়ননা থবকী হোৎনবদা হনবা তৌখি।

ইং ১৯৭৬ কী জানুয়ারী থাদা ফর্মখিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী জেনেরেল কাউন্সিলগী মীফমদা ওল মণিপুর যাত্রা এসোসিয়েশনগী মীহুৎ অমা ওইনা শুমাং লীলাগী একাডেমী বার্ড খুন্নিংঅক; গৌরলীলা অমসুং অগোর রাসবু যাত্রা চিংই হায়দুনা শুমাংলীলাগা যাত্রাগা খেন্নবা থমদবা অদু ভোগ্না থায়দোকপিনবা হায়জখি অমসুং গভর্ণরনা য়াবিখি।

অসুম তৌনা ওজাগী হোৎনবা কনবা অসিগী দমক তৌবিমল থওব' উৎদুনা ৪ সুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন, ১৯৭৬ ইংদা "যাত্রাচার্য্য" হায়বা উপাধি পীখি।

---

## শ্রীসলাম ইবোতোম্বী সিংহ

শ্রীসলাম ইবোতোম্বীগী অপোকপগী মিং ৺য়াইপাক, অপোকপীগী মিং লৈনথী কোই। মুপী অনি মুপা অনি পোকপগী মহুংদা কলাকার অসিনা অভোম্বনি। পোক্লকম লমদম খুরাইদনি। কলাকার অসিনা পোকপা কুমদা অপোকপন্থ নিংখৌ থনবা হৌখি। চূড়াচাঁদ মহারাজনা কবোদা অওম অখৌশিংগা লোয়ননা শামু ফাবা খোংলেংচুই। মসিদা কলাকার অসিগী অপোকপসু য়াওরুই। অপোকপগী সেবা অমদি হৈশিংবা উবদগী মহারাজনা পেন-বিদুনা "ভুলিহল মেজোর" হায়বা ফম অসি পীবিখি (হান্নীখি)। কুম অনিদা মহা-রাজনা মচা ইবুঙো অমা ফংখি। মচা ইবুংঙোগী মিং (শামুগী মিং লৌদুনা) খেদান্না থোনখি।



সলাম ইবোতোম্বী সিংহ

শিক্ষা ঃ—অপোকপনা কোর্বাক্তা লাইরিক ইবা পাবা তম্বীখি ।

পুংতম্বা ঃ—কোনশম ৺তোম্বী সিংহনা ইহান মাম্না পুং তম্বা হৌখি। মতাগী অপাম্বা মতুংইন্না চহি ৭ চংলকপা মতমদা শ্রীযুম্নাম তোম্বজাও সিংহনা য়োক্নীহুনা পুং তমহনখি। ইবোতোম্বীনা চহি ৯ চংলকপা মতমদা গোৱর্দ্ধনাদা পুং য়ৈখি। অহুগী মতুংদা খুবাক ঈশৈগী পুং য়ৈবা হৌখ্রে। মহাক্কী পুংদা থৱাই মাওবা উবদা ওজা ৺তোম্বজাওনা মহাক্কী হৈজবা পুম্বা খাক্কনা তাকপীখি। অহুম্ব অৱাবদি কলাকার অসিনা বিদ্যা মপুং ফাত্রিঙৈদা ওজা ৺তোম্বজাও লৈখিদ্রে। শিরমদাইদা ওজানা মহাক্কী অচানবা সেবক নোংমাইদা শিন্নবিরমই। মমৈখংদা কলাকার অসিগী লমজিংবীবা ওজা নোংমাইনা ওইখি। কত্রম্বম ৺অঙাংজাও, ৺.তাম্বুংম্না, কৈথেল্লাকপম ৺ভুবোন হঞ্জবনচিংব গুরু কম্নাদা পুং তমখি।

কলাকার অসিগী মশাগী চহি ১৮ শুরকপা মতমদা ঙারিয়াম্বম নিঙোল চমুয়ৈগা লুহোংখি কলাকার অসিনা চহি ২০ শুরকপদা অপোকপী কায়নখি। চহি মতাং অসিদা কলাকারগী সেবক পোক্লে।

শ্রীঅহলথেম নয়ননচিংবা সেবক ২৪ পোকখি। কলাকারগী মশাগী চহি ৩০ সুম্বা কাওবা পুংগী ওজা ওইহুনা অমদি পুং য়ৈহুনা লেনখি। শিলচর শান্ধী মেলাদা পুং য়ৈনবগীদমক্তা কংগ্রেস নেতা শ্রীকাকমেনপাইবম বিদ্যাপতিগা লোয়ননা চংখি। কলাকার অসিনা মিংচংবা লোয়ননা পৈশাম্ব ফংখি। জাতি কম্নামক্রমগী তোঙান তোঙানবা মীশিংনা জগোই তম্বীমু হায়খি। কলাকার অসিনা ঐদি জগোয় তম্বীবা ওজা নত্তে হায়রুবদা খুদক্তা ইকায়বা নংখি। কলাকার অসিনা জগোয় তমগে খনখি। মতম অসিদা কীর্ত্তন অমগী পুং য়ৈনবা বার্ত্তন ফংখি। পুং য়ৈবা মকোক্তি রাজকুমার স্নাজাওবা সিংহনি। কলাকার অসিনা স্নাথ্রাদা পুংয়ৈবগী বার্ত্তন তৌবা চংলুই। মতম অহুম্বা স্নাথ্রাদি শঙ্গাইদা লৈরমদে। জোহনষ্টোন হায় স্কুলদা মণিপুর ডান্স কলেজ হাম্নবা অমা হাংলে মত্তুদা চংখি হায়না য়ুমম্বা লৈরম্বা মীশিংনা তাক-পীরকই। কলাকারনা মফম অদুদা চত্নুনা স্নাথ্রাদা পুং য়ৈবগী বার্ত্তন কংখি। ওজা পুংয়ৈবনা কলাকার অসিবু জগোই তম্নবা তকশিনখি। ইরু-জনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা মপা চাহুনা কলাকার অসিনা জগোয় তম্বা

হৌখি। মতম অদুদা কলেজকী ওজাশিংদি মথাগী অসুম্না ওইরমই :— (১) পুংগী ওজা—য়াজকুমার য়াজাওবা সিংহ। (২) ঈশৈগী ওজা—কোঞ্জেংবম তোম্বাইম সিংহ। (৩) জগোয়গী ওজা :—সুপরভাইজর গুরু অমুবী সিংহ। (৪) জগোইগী ওজা :—হাওবম গুরু অতোম্বা সিংহ, তাইদ সুপরভাইজর। (৫) অয়াংবম য়াইমবী সিংহ। (৬) গুরু অমুদোন শর্মানি। (৭) মিউজিক্কী ওজ দি—কাওবম ওজা .তাম্বী সিংহনি। (৮) ছাত্রী অমদি ঈশৈ শকপী ওইনা হাওবম ওংবী তাংবী দেবীসু য়াওরমই। এয়িয়াক থিয়েটরদা লৈ.শম্ব। কৌব গ্রূপ ডান্স অমা উৎখি। মদুদা কলাকার অসিংসু শরুক য়াখি। জগোয় অদুগী মরমদা মণিপুরগী চেকোং কয়াদা থাগৎ য়াহৈ ত্যাব কংখি। অদুগী মথংদা কলেজ অসিগী ছাত্রশিংনা মপাল কাংজৈ-বুংদা জগোয় অময় উৎখি। অয়েংবা ভাবকশিংনা জগোয় অদি অদুগী মরমদা নৈনখি। ঙয়াং শাখিবা জগোয় অদুনা ফজৈ হায়না শোয়খি। মমৈথংদদি সুপরভাইজরগী হুকুম য়াওদনা কনাগুম্বা ছাত্র অমদি ছাত্রীর অতোপ্পা পার্টি অমদা জগোয় শাবা, ঈশৈ শকপা, পুং মৈবনচিংবা য়াওবা য়ারোই হায়না লেপ্লখি। মতম থয়া লৈয়রগা কলাকার ইবোতোম্বীগী পুং মৈবা হৈ-শিংবা উবদগী মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী লুচিংবা অয়াম্বম ৺ধনচন্দ্র সিংহ (আই, পি.) না কলেজদা লুপা ৫ (মঙা) পীরগা কলাকার ইবোতোম্বীবু বাইহুনা ডিব্রুগড় কনফারেন্সকীদমক্তা সো উৎনবা পুখিখি। কনফরেন্স অদুদা ভারতকী ফাওরবা পুংমৈবা শান্ত প্রসাদকা কলাকার ইবোতোম্বীগা পুংমৈব তম্নখি। লোইগদবা মিনিট ৩ লোম য়াৎলিংঙদা কলাকারনা মৈয়িবা পুং অদুগী মরু শেগরখি। মসি মণিপুরগী ডান্স টিমগী মনুং চয়া চহি মঙা মঙা খুদিংগী পাংথোকপা ষ্টেট কনফরেন্সনি। কনফরেন্স অসিদা কলাকারগী হৈ-শিংবা মতৌ উবদা মীয়াম্না পেনবিখি।

নিউ দিল্লীদা থা ৪ চুপ্পা ভারতকী মেলা অমা তৌখি। মেলা অদুদা কলাকার অসিনা শরুক য়াখি। মণিপুরগী ডান্স টিমগী লুচিংবদি শ্রীএন, ৺নিলকমল সিংহনি। মেলাদা কলাকার অসিনা পুং চোলোম উৎখি। মণিপুরগী টিমনা মকোক ওইখি। দিল্লীদগী হল্লকপা চহি ৪ গী ডান্স ট্রেনিং পরীক্ষা য়াওখি। পরীক্ষা অদু য়ায়া নিংথিনা পাস তৌখি। অদুগী মতুংদা

শ্রীএন, নীলকমল সিংহনা লুচিংদুনা মদ্রাসতা তৌখিবা "ওল ইন্দিয় ডান্স ফেষ্টিভেল" দা ওজাসু শরুক য়ারুই। ফেষ্টিভেল অদু মণিপুরগী টিমনা ফাষ্ট তাখি। মদ্রাসকী প্রোগ্রাম লোইরব মতুংদা বেঙ্গলোর অমদি মৈসুরদসু সো উৎলুই। অদুগী মতুংদা জম্মু অমসুং কাশ্মীরদসু সো উৎলুই। জয়পুর অমসুং রাজস্থান্দা চত্তুন সো অনিরক য়াওখি। রাজস্থান্দগী হন্নরুগা লক্ষনৌদা সে উৎপা য়াওখি। ইম্ফালদা লাক্লবা মতুংদা কলাকার অসিনা গুরু ট্রেনিং য়াওখি।

কলিকতাদা তৌখিবা "ওল ইন্দিয়া ফেষ্টিভেল" দা মণিপুরগী ডান্স টিমদা কলাকার অসিসু য়াওরুই। মদুদা কলাকার অসিগী পুং চোলোমনা ফাষ্ট প্রাইজ ফংখি। ইন্দিরাগী চেফং কয়াদ' ফোটোগা লোয়ননা থাগৎ-নাহৈ কয়া ইখি। কলাকার অসিন মাইবী জগোয় বরুনী মইবীদগী তমখি। মাইবী জগোয়গী সেবক কয়াসু পোকখে। ই ১৯৬৩ দা মেরা মেম তোংবা খৌরমদা "পাম্থোইবী পাম য়ানলোন" কৌবা জগোয় অমদি মাইবী জগোয় উৎখি। জগোয় উৎপগীদমক্ত সাটি ফিকেট অমসু পীখি। ইং ১৯৬৪ ইংদা "খেজ্জোং পাওশা শান্নবা" জগোয় উৎখি। মদুদা এসোসিয়েশন অসিনা "গুড টিচর ওফ ডান্স" হায়ব সাটি ফিকেট অমসু পীখি। ইং ১৯৬৪ জানুয়ারী তাং ২৬ তা মণিপুর সরকারনা দিল্লিদ জগোয় রাস উৎনব থাবিখি। মদুদা কলাকারগী টিমনা ফাষ্ট তাখি।

১৯৬৭ ইংদা কলাকার অসিনা পাময়ানলোন হায়ব জগোয় অদু উৎখি। মদুদা ওল মণিপুরগী ওইনা ফাষ্ট অমদি স্পিসিয়েল প্রাইজ ফংখি। ১০৭০ ইংদা "রাসেশ্বরী সিংহার পালা হোলিদল" গী হিদং হাপখি। থাবেলচৎপা খুজি, তান্নচিংবা মনা ফংখি। হোলিগী চোল থৈবদা ফাষ্ট প্রাইজগা লোয়ননা লুপা ২০০ ( চনি ) ফংখি। কলাকার অসি হৌজিক থুরাই কলা বিদ্যা ভবনগী প্রধানাচার্য্য ওইনা সেবা তৌরি। ১৯৭৬ ইংগী ৪সুবা' অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন্দা রিসার্চ এসোসিয়েসনা ওজাগী গুণবু শিংথানবা ওইনা "নৃত্যাচার্য্য" হায়রবা উপাধি অসি পীরি। ওজা অসি চহি ৫০ গী মথকনি।

---

# শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ,

ওজা ইবোতোম্বী সিংহ ১৯৩৬ ইংদা থাংমৈবন্দ লাইজিং নিংথৌ লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং ৺গৌর সিংহ অমস্তুং অপোকপীগী মিং ইবেমচা দেবী কৌই। ওজাবু পোকপা পল্লৌ অদি সায় চড়াচান্দ অমস্তুং মজাইবুংঙো বোধ-চন্দ্র সিংহগী মতম থরা কাওবা থাং-তা মুক্রা-কাংজৈগী ওজা অম ওইরমই। লোয়-শঙদি মমুং চৈরাপনি। লোয়শঙ অসিদা লৌরুং পুরেল ওইরমই। মণিপুরগী মুক্রাগী "যাত্র" হায়বা মিংথোল অদু ফংখি। অপোকপনা মচা মুপা অহুম, মুপী অমা পোকখি। ওজা ইবোতোম্বীনা মাইমনি।

শিক্ষ ঃ—ক্লাস টেন ফাওবা শিক্ষা ফংখি হিন্দী, বাঙ্গালী লোন্নচিংবা থরা থরা থগুই।



শ্রীএম, ইবোতোম্বী সিংহ

থাং-তা ঃ—ওজাগী থাং অমদি তাগী অহানবা গুরুদি অপোকপনি। অঙাং ওইন বাক যাত্রা অমস্তুং ফম্নাইবশিং শিবদা থাং-তাগী হৌনবী থৌগল ফংজখি। ৺.বোধচন্দ্রনা স্না ফম্বাল কাবা মতমদস্তু থৌগল ফংজখি। বিদ্যা কুপ্না হৈবা অমদি বারী বাথোং থংজনিংবদগী মথাদা ইরিব ওজাশিং অসিগী মফমদা চত্তুনা ওজা ইবোতোম্বী সিংহনা থনখি। (১) রাজকুমার লৈরেনম্না। (২) শ্রী৺ন্নাতোম্বা সিংহ। (৩) শ্রীসাইখোম ৺চাওবা সিংহ। (৪) শ্রী শগোলশেম ৺ইবোচাওবা সিংহ। (৫) শ্রীসগোলশেম কালীদমন সিংহ। (৬) শ্রীতোংব্রম ৺চাওয়াইমা সিংহ। (৭) শ্রীচনম্বম তরঙ্গো সিংহ অসিনচিংবা।

জ্যোতিষ ঃ—ওজা ইবোতোম্বী সিংহগী জ্যোতিষ বিদ্যাগী ওজাদি শ্রীথোক-চোম স্বর সিংহনি। ওজাগী মনাক্তা মতম কুইনা লৈদুনা জ্যোতিষ তমখি।

কলাবিদ্যা ঃ—মুপামচা পালা, গৌরলীলা, শলশেনবনচিংবা অঙাং ওই-রিঙৈদা সাওখি। ১৯৭৩ ইংদা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী "ভাগ্যচন্দ্র বেলে" সাওখি।

স্কুল ওজা :—লাইজিং নিংথৌ, এল, পি, স্কুলগী ফাউণ্ডর হেড পণ্ডিত ওইখি। হেড পণ্ডিত ওইনা চহি মঙাযোম থবক পুখি। স্কুল অসি হৌজিক সরকারনা মতেং পীরে।

রাজ পণ্ডিত :—১৯৫৭ ইংদা পণ্ডিত ওইনা হাপখি। হৌজিক মণিপুর রাজপণ্ডিত লোইশঙগী পণ্ডিত অচৌবা ইনচার্জ্জ ওইনা থবক পুরি।

ভোলুণ্টরী ওর্গেনাইজেসনশিংগী সেবা :—১৯৫৯ ইংদগী ১৯৬০ ফাওবা "ভারত সেবক সমাজ সেবর কোর" রেজিষ্টার নম্বর ৫গী জোইণ্ট সেক্রেটরী ওইনা সমাজ সেবা তৌখি। লোকেল ডিভেলপমেণ্ট কমিটিগী মেম্বর ওইনা যাওখি। ১৯৬০ ইংদগী ১৯৬৮ ইং ফাওবা লোমীশিংগী মাইফমবা এসিষ্টেণ্ট সেক্রেটরী ওইনা থবক তৌখি। তামা ফোরেষ্ট কো: ওপ: সোসাইটিগী একটিং সেক্রেটরী ওইখি।

থাংমৈবন্দ আইডিয়েল ক্লবকী ৱাকিং কমিটিগী মেম্বর ওইনা মতম থর সেবা তৌখি। ডি মণিপুর এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইটিগী রেজি: নম্বর ৮৮ (১৯৭২—৭৩) গী চহি অমা সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখি। মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশনগী (১৯৭২—৭৩) চহি অমা ভাইস প্রসিডেণ্ট ওইনা থবক পুখি। ১৯৭২ ইংদা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী থাং-তা গী ভিজিটিং গুরু ওইনা হাপখি।

তাং ৩১ | ৩ | ৭৬ ইংদগী "ওল মণিপুর উমং-লাই হরাওবা কমিটি" গী প্রসিডেণ্ট ওইনা থবক পুবা হৌরে।

১৯৭৩—৭৬ ইং এসোসিয়েশনগী ফাইনান্স সেক্রেটরী ওইরি। ১৯৭৪—৭৫ ইংদা ওল মণিপুর উমংলাই হরাওবা কমিটিগী ফাইনান্স সেক্রেটরী ওইখি। ১৯৭৫—৭৬ ইংদা কমিটিগী সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখি।

বিশ্ববাণী সম্পাদক মণ্ডলগী সদস্য ওইখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী ডোকুমেণ্টরী ফিলম (থাং-তা) গী মেম্বর ওইনা থনখি।

---



শ্রীইবোতোম্বী সিংহ

# শ্রীমতি গম্ভিণী দেবী

লাইতোঞ্জম গম্ভিণী দেবী খুরাই লাইতোঞ্জম লৈকাইদা পোকই। অপোক পগী মিং শ্রীলাইতোঞ্জম ৺তোম্বল সিংহ অপোকপীগী মিং শ্রী৺কুঞ্জো দেবী কৌই। শ্রীমতিগী চহি ৫০ পা থা ১০ রোম গুরে।


শ্রীমতি গম্ভিণী দেবী

শিক্ষা :—শ্রীমতি অসি লাইরিক পাবা ঙম্বা নিংথিনা ওমই।

কলাবিদ্যা :—শ্রীমতিনা চহি ৫ গুরুকপদা ঊৈশে তম্বা হৌখি। দীক্ষা গুরু শ্রীমণি সিংহনি। শ্রীমতিনা চহি ৬ গুরুকপদা অপোকপী কাম্বনখি। শ্রীমতিবু মমাবোক্রা লাঙ্গোনখি। কলাবিদ্যা'দা থরাই য়াওবা উবদগী মামহল ৺লৈবুকচাওবা মুহোরীনা থেংবাইজমগী ওজা য়াইমা অমদি ভরেংখুলগী ওজা মণিদা বিদ্যা তম্বা শিম্নবিখি।

বাসক :—য়াথ্‌া তোনম্রা সিংহনা বাসক শকপা তম্বী। মথংদা শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, নারেংকোজিন চন্দ্র সিংহ, ক্ষেত্রি লৈকাইগী সুবোল, গৌরচন্দ্রনচিংবা গুরুজনশিং অসিনা বাসক শকপা তম্বীখি।

জগোয় য়াস :—শ্রীচবুংবম লৈরেন সিংহনচিংবা ওজা কয়াদগী জগোয় য়াস তমখি। ঈৈশে শকপী ( সূত্রধারী ) গী শিনকম অসিসু মণিপুরগী অফাওবী ঈৈশে শকপীশিংদগী তমজখি।

কলাকার অমা ওইনা লম চৎপা :—পাকিস্থানগী লাম মচুংদা ত্রিপুরাদা লৈরুই। মথংদা ভানুঘাট চংলকই, আত্রিবোন, ধর্ম্মনগর, য়াজবারী, হোজাই বাদুল্লর, নোংপোক পাকিস্তান, উত্থং লৈকাই, ডিগবোই চৎলুই। ডিগবোইদি ১১রক চৎলে, দিল্লি, গৌহাটি অনিরক চৎলে। শিলোং, মকোকচুংনচিংবা চৎলে। মণিপুর কংলা মেম তোংবদা সার্টিফিকেট অমা ঈৈশে শকপী ওইনা ফংলৈ।

ওজা :—কলাকার অসি থ্রাই কলা বিত্ত তবনগী ওজা অমদি উথৌ শকপী ওইরি। সূত্রধারী অমা ওইনা এসোসিয়েশনগী ৪সুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা (১৯৭৬) "সঙ্গীতাচার্য" হায়বা উপাধি অসি পীখি।

---

# শ্রীমতি ভানুমতি দেবী

ভাঙোম নিঙোল শ্রীমতি ভানুমতি দেবী খ্বাই নাগ মপাল লমাবক লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং ৺চাওব সিংহ, অপোকপীগী মিং ৺ইবেচাওবী দেবী কোই।



শ্রীমতি ভানুমতি দেবী

শিক্ষা :— ইব পাব নিংখিবা তমই।

কলা বিং :—কলাকার অসিগী মশাগী চহি ৭—৮ ওইরকপা মতমদা বসন্তরাস থোমলোন লংছুনা জগোয় অহানবা ওইনা য়াওখি।

শীতল যমুনা কলিন্দী তিরে ...... হায়বা ঈশৈ অসি শকপদা ৺রাধচন্দ্রনা যুবরাজ ওইরিঙৈগী মতমদা শেল লুপা অমগা জয়পুর অমগা থাখি। জগোয় তম্বীখিবা ওজাদি আজ্ঞা গৌরচন্দ্র শর্মানি। আজ্ঞানা তম্বীবা জগোয় গোপী ওইনা য়াওখি। চনবম লৈরিক দেবীদা সূত্রধারী তমখি।

দিবারাস :—শ্রীঅথাম ৺তোম্বা সিংহদা দিবারাস তমখি। শ্রীলাইশ্রম কুলবিধু সিংহদা থুবাক ঈশৈ মৃদঙ্গ তমই। শ্রীকোনশম গুলাপ সিংহদা গৌরলীলা হমই। শ্রীভাঙোম ৺যদু সিংহদা উদুখোল লীলা তাই। শ্রীয়ুম্নাম নাতুম (চাওবা) সিংহ, আজ্ঞা অমুকোন শর্মা, শ্রীহাওবম ৺তোম্বা সিংহ, শ্রীথাংজম ৺অমুবী সিংহ, শ্রীথাংজম চাওবা সিংহ অমদি খোরাশী

মণি দেবীনচিংব ওজাশিংদ, রাসপঞ্চাধ্যায়, গীতগোবিন্দমচিংষা তমই। ওজা ইবোতোন সিংহদগী নিমাই সন্ন্যাস তমই। শ্রীওাঙোম মুণিস্রো। সিংহদা রূপ অনুরাগ, পূর্ব্বরাগ অমদি ঈশৈশগী (খিওয়ী) রারী-রাখোং অমদি নিতি রাসনচিংবা তমখি। কলাকার অসিনা মশ.গী চহি ২০ শুরকপা ফাওব। জগোয়গী গোপী ওইনা য়াওখি।

সূত্রধারী :—চহি ২৪ রোম শুরকপা মতমদ' য়ায়, নৌনা জগোয়গী সূত্র ফম্বা ৌথি। চিফ কাম্মশনার হিয়ৎ সিংহগী মতমদা তৌখিবা মেলাদা গীত-গোবিন্দ শকখি।

রাসধারী :—ভসিদগী চাউরাক্র। চহি ১১ রামগী মমাংদা দিবা রাস অমা তম্বীহ্না কালিমাইগী মাগুবত্তা শান্নখি। সরাইজম লৈকাইদা নিতি রাস অমসু শানখি। শওমুং ব্লোক মেলাদা সূত্রধারী অমা ওইন, ঈশৈ শকখি মতুদা প্রমাণ-পত্র অমা ফংখি। ১৯৭৫ ইংগী অহুমগুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা দিবা রাস অমা কংখি। মতুংসু কলাকার অসিনা তম্বীখি। লোয়ননা ঈশৈসু শকখি।

কলাকার অসিগী মশাগী চহি ৫২ শুরকপা মতমদা মা কোমুংগী মনা মথুম ফংখি। মণিপুরগী মপান্দা তখেল, হোজাই, নবদ্বীপনচিংবা চত্তুনা কলাবিদ্যা অসি শন্দোকলুই।

১৯৭৫ ইং এপ্রিল তাং ২১ তা অহুমগুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন্দা এসোসিয়েশন্না "সঙ্গীতাচার্য্য" হায়বা উপাধি পীখি। তাং ১৮। ৯।৭৫ ইং (শগোলশেল মুমিত্তা) দিবা রাসকী ঈশৈ মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা রেকোর্ড তৌখি। শ্রীমতি অসি মণিপুরগী শিংথানবা য়ারবা কলাকার অমনি।

---

# শ্রীঅবুংবম কবুই

শোক ১৯২৯ মার্চ্চ থাগী তারিখ ৭ত ইম্ফল ময়াই কৈশামথোং (পোলিস লাইন) দা পোকই, অপোকপগী মিংনা শ্রীফমজাই কবুই, অপোকপীগী মমিংনা শ্রীমতি কহুনচুংলু কবুইনি কৌই। মহাক্কী অপোকপা অসি মচানুপা ৪ (মরি) পোকখি। মচা নুপা ৪ (মরি) অদুগী মনুংদ মহাক অসি ৩ শুবদ পোকপা মচা নুপানি। অপোকপা অসি সার চুড়াচাঁদ মহারাজ মা হাকথক্তা য়ায়া চানব মনাই ওই-দুনা বিগুন মেজর ওইরমী, জর্ম্মনগী গ্রেট রায়নচিংবা চৎত্তুনা লাল ওবগী মনা লৌনচিংবা ফংদুনা মথৈদা পেন্সন ফংদুনা মপুন্সি লোমখি। মতম অদুগী মা হকথক্তা কৈশামথোং থুল অসিদা চীংমীশিংগী তিনফম (পুনফম) ওইরমী। মতম অদুদা অবুংবম কবুই অসি অঙাং ওইনা চীংগী মরুওইবা অহৈ-অশিং কয়াগা শম্নরক্তুনা চীংগী সংস্কৃতি ওইবা জগোয় ঈশৈগী মরমদা নৈনরকপা য়াওরকখি মাহুদগী খুদোংচাবা লৌহুনা লম লমগী ওজা-গুরুশিংদগী মহৈ তম্বা ফংজরকখি। মহাক্কী আদি গুরু শ্রীলুংঙং গোলমৈ, শ্রীথোইসি গোলমৈ অমস্তুং মাবু পোকপী শ্রীমতি কহুনচুংলু কবুইনিদগী জগোয় ঈশৈ তমজরকখি। জাতিগী ওইবা সংস্কৃতিবু মাংদনবা য়োকথৎপা হায়বসি মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী পামজবা আশানি শোক ১৯৪৯ দগী হৌনা মহাক্না চীংগী মথল মথেল মচুনা লৈতেংবা জগোয়শিং অসি স্টেজদা পুথক্তুনা মফম খুদিংদা চত্তুনা শম্নোকপা হৌখি মদুদগী মথৈদা শোক ১৯৫১ দা ডি, কবুই, ড্রামাটিক ইউনিয়ন হায়বা সংস্থান অমা গভর্ণমেণ্টকী রেজিষ্টার নম্বর ২২১ শুবদা লিঙ্খৎখি। মহুদা অকনবা ঈহৌগা লোইননা মীয়েবাকনচিংবগী প্রোগ্রামদা মশামক একটিভ পার্ট লৌহুনা কন্না শম্নোকখি।



শ্রীঅবুংবম কবুই

শ্রীঅবুংবম কবুইসি সংস্কৃতিগী মাইগৈদদা মন্তুনা মণিপুরগী ওইবা দেশ সেবাদসু যান্না থবাই যাওবা মুপানি। শোক ১৯৫৬ গী ইম্ফাল ম্যুনিসিপালগী অহানবা মীথলদসু ফাখি। মাদুদ ভাইস চিয়ারমেন ওইনা চহি মরি লৈবাক্তি সেবা যাওরকখি। হিল এডভাইজরি বোর্ডতসু চীংগী অফ-ফম্ভগী মরমদা থবক পুবা যাওরকখি।

মণিপুরগী ক্লাসিকেল জগোয়দা মহাক্না লৈখিদ্রবা মাইস্নাম গুরু অমুবী সিংহদা খুবাক-ঈশৈ তম্নকখি, গুরু রাসবিহারি শর্মাদা মৈতৈগী রাস অমসুং মৈতৈ পুং তম্নকখি। মমৈদা এলাংবম লৈকাইদা লৈবা তওাং বুদ্ধদা মৈতৈ পুংগী অকুপ্পা চোল্লোয়চিংবা তমখি। শোক ১৯৫৯ দা ডি ডান্সেস ওফ মণিপুর হায়বা ভেরাইটি প্রোগ্রাম অমা রুপমহলগী ষ্টেজদা উংখি, মাদুদা মহাকনা লৈবাকী মশক নাইরবা ওজাশিং বার্ত্তন তৌদুনা মশামক্না কৃষ্ণ শাদুনা বসন্ত র স ষ্টেজগী ওইনা উংখি, মোইরাংগী জগোয়দসু মশামক্না থম্বা শাদুনা থম্বা থোইবী জগোয় উংখি। কলাকারগী লাই হর'ওবা জগোয়গী গুরুদি নোংময়ইথেম ৺হুধির সিংহ অমসুং থয়াল শর্মাদা তমজরকখি। মহাক্না লৈবাকী অরা-অনা তাররুব মতমদ শোক ১৯৬২গী চিনানা ভারত্তা লল তাররুব মতমদা মণিপুরগী মহুং শিন্দুনা তুমদ-চাদনা আসামগী বোর্ডব এরিয়াদা চত্তুনা সিফাইশিংগী মপুক্লিং থৌগংনবগীদমক লাম্লক্না জগোয় শাখি। মণিপুরগী ডান্স কলেজ ভি, আই, পি, গী প্রোগ্রাম কয়ামরুমদা মশামক্না চীংগী জগোয়দা এক্টিভ পার্ট লৌদুনা জগোয় শারকখি। মমৈদা জে, এম, রাইনা চিফ কমিশনাররনা শোক ১৯৬০ দা মহাকপু নেহরু একাডেমীদা ওজা অমা ওইনা হাপ্লিখি। মাদুগা লোইননা ডান্স একাডেমীগী লোকেল এডভাইজরি কমিটিনা মেম্বর অম ওইনা চহি কয়ামরুম পুরকখি। শোক ১৯৬৬ দা বালেশ্বর প্রসাদনা চিয়ারমেন ওইবা মতমদা মহাকপু সেনিয়র টিচর প্রোমোসন পিখি। শোক ১৯৭২ দা ডি, আর, কোহিলি লেপ্টেনেল গভর্ণরনা চিয়ারমেন ওইবা মতমদা মহাকপু সিনিয়র "গুরু" হায়বা মিংথোল পিবিখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী অহানবা হৌরকপদা মণিপুর গভর্ণমেণ্টনা মহাকপু মেম্বর অমা ওইনা খন্নকখি। মমৈদা ইকজিকিউটিভ মেম্বর ফাওবা ওইদুনা চহি অহুম কলাগী শেমগৎ-শাগৎপগী

মরমদা লৈবাকী সেবা তৌরকখি। শোক ১৯৭৫ এপ্রিলগী তারিখ ২৯দা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন-না ইকাই খুম্নবা উত্তনা "নৃত্যাচার্য্য" উপাধি পীবিখি, মথংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শোক ১৯৭৬ কী অগোরগী ষ্টেট এৱার্ড পীখি। শ্রীঅবুংবম কবুই হৌজিক মশাগী চহি ৪৭ শুরে। হৌজিকমক জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একডেমীদা সিনিয়র গুরু ওইনা থবক পুদুনা লৈরি।

---

## শ্রীমতি য়ুমশং দেবী

মোইরাংথেম ব্রিঙোল শ্রীমতি য়ুমশং দেবী ১৯৩০ ইংদা শগোলবন্দ মাইকৈ শগোল তোংবদা পোকই। অপোকপগী মিং শ্রীমোইরাংথেম ৮মদন সিংহ, অপোকপীগী মিং ৮শমুতোংবী দেবী কৌই। কলাকার অসিবু পোক্লিবী অসিন্থ কলাকার অমনি। শিনফমনা মাইবীনি।



শ্রীমতি য়ুমশং দেবী

কলাকার অসিগী মশাগী চহি ১৮শুবা মতমদা মাইবী চংখি। মাইবী চংব্রিঙৈদা শ্রীরাংথৈময়ুম থম্বাল অঙৌ সিংহদা লুহোংখি। শ্রীথম্বাল অঙৌ সিংহসু মৈতৈ অশৈবা (পেনা খোংবা) নি।

আদিগুরু :— কলাকারগী মমা গুরুদি ৮তোম্বু মাইবী শংলাকপীনি। গুরু অসিনা মচাদা "লৈম্নুং-খুম্নুং লোন" তম্বীরকই। গুরু অসিনা থুপখ্রবদা কাক কৈথেলগী লৈরেন মাইবী (৮বোধচন্দ্র মহারাজগী মাহাক্তদা শংলাকপী ওইরম্মী) দা গুরু ওইখি। গুরু অসিনা লাইহৌ "হূম রি রি" হায়না হৌবা অসি তম্বীখি। কলাকারগী মশাগী চহি ২০দগী ২২শুবা কাওবা গুরু অসিগী সেবা কংজহৌই। লাই হরাওবা ১দি অগোর

গুরু অসিনা তখিবনি। গুরু অসিনা থুগাইবদা অপোকপীগী মতুং ইন্দুনা মণিপুরগী লাইকম কয়াদা সেব তৌবা কংজখি। মতম অমদা মাইরাং থাংজিং লাই কমিটিগী থাগ্রাকপা শাকো সিংহনা কলাকারগী ঈবৈ, অগোর খুংথেক, ১দি থাংজাই কয়বা উবদগী শেনবীদুনা মাগী মেডল অমা পীখি। অহৃদগী অপোকপীগী থাগখে।

পাম্হোইবী শৈরোন :—থৌবালদা লৈরবী ( হৌজিক্কা লোংদম থুম্বা লৈ-রিবী ) চমু মাইবীদা চংজদুনা পাম্হোইবী শৈরোন তমখি। গুরুশিং অসিগী কুপাদগী ঈরোই শেবা মকোই থোংঙাক লাইরেম্বী হরাওবদগী কমিটিনা ( পাম্না ৪না ) মাগী মেডল অমগুম পীখি।

মা কোম্নুংগী মাইবী লোইশংগী শংলেন হঞ্জবী ওইরমই। কলাকার অসিগী মশাগী চহি ৪৭শুরে। শ্রীঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিতনা "লৌকা ঈবৈ" তখী। ঈবৈ অসিদা চৈরোং, কক, হমাই, কৌইন তোপন-চিংবা পুথোকপগী রাগী-শৈরেং কয়া য়াওরি।

ইং ১৯৭৫দা "ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটি"গী পরিক্ষা হঞ্জবী ( B A. ) II ক্লাসতা পাস তৌখি।

থোইদোকপা গুণ :—কলাকার অসি পানা ৪ ( মরি ) মকি লাইরোল শুনা পুই। মহাক শংলেন মাইবীনি। কলাকার অসি হৌজিক লমদেংদা লৈরি। ১৯৭৬ ইংগী মরিশুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনগী এসোসি-য়েশনগী মাইবী অগোয়দা "নৃত্যবিশারদ" হায়বা উপাধি অসি পীখি।

# শ্রীসাইরেম মণি সিংহ

নবোল জিরি খুলদা শকাব্দ ১৮৫১ মেরা থাগী থাংজ থাশি হুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং নবিন সিংহ, অপোকপীগী মিংনা লকমণি দেবী কৌই। মচিল-মনাও মরি পোকপগী মাইদগী অহলনি। অঙাং ওইরিবৈঙদগী হৌনা মহৈ-মশিং তম্বদা থবাই যাম্না যাওবা মখোদা পুক্নিং চংবা তোংনবা কনবা মী অমা ওইরকই।



শ্রীসাইরেম মণি সিংহ

শিক্ষা :—মশাগী চহি ৫রোম শুরক-পদগী স্কুল কাহনা মহৈ-মশিং তম্বা হৌরকই। পিক্নিবৈঙদগী হৌনা পুং-ঈশৈদা থবাই যাওরকপনা চহি ৯ শুরকপদগী গৌরলীলা, শনশেনবা; জগোয় রাস নচিংবা লীলা কয়া যাওরকই। অবাং জিরিদা তৌবা গৌর লীলাদা হরিদাস শাখি। লীলা অসি থাংমৈবন্দা লৈবা ওজা শ্রীইরুংবম ৺তোলঙৌ সিংহনা তম্বিখি। হায়রিবা লীলা অসি হেক লোইবগা ওজা অসিদা বোরিদুনা ঈশৈ তম্বা হৌরকই। ওজা অসিনা চহি ৯ চুপ্প তম্বিরকই। শকাব্দ ১৮৬৯ দা থংহৌদনা তমথীরবা লায়না অমা লাক্লুনা ওজা অসি লোইরাথরে। ওজা অসিনা লৈখিত্রবদা কলা বিদ্যাগী মঙাল থয়-থরদি ফংজহৌরব, মপুং ফাবা কলাকার অমদি ওইবা ঙমজহৌদবনা মতম থয়া অরাবগী ঈপাক্তা তাখি।

শকাব্দ ১৮৭০ চহি অসিদা অবাং জিরিদ লৈবা ওজা শ্রীমাইমোম থানিল সিংহ হায়রিবা ওজা অসিনা ঈশৈদা যাম্না থবাই যাওজবা মতৌ অসি উবদগী অমুক ওজা অসিনা কৌশিনবিদুনা মথা তানা তমথখি। ওজা অসিনা মুংখিল অমসুং মুমিদাংগী নিতি লীলা, অষ্টকালনচিংবা ঈশৈগী বিদ্যাশিং অসি তম্বীখি। ওজানা চহি অমরোম তম্বীরক্লবা মতুংদা লৈত লায়রবা শেল-থুমগী কিবম ফঙবনা মরম ওইরদুনা ওজা থনবা ঙমখিদে।

শকাব্দ ১৮৭১ দা ঈশৈ মথা তানা ভূমখনুবগী উপাধ্যায় নৈনুকুম্‌ছুনা মতম থরা লেপখি। মসিদা কলাকার অমিগী অৱাবা অমা ওইখি। ঈশৈ তমনিংবগী আশাদগী পোক্লফম লমদম জিরি থাজোকপা তাখি। পোক্লফম লমদম মুংশিজব মীওইবগী হৌনশা ওইবনা কলাকার অসিনা য়াক্লা বাখি। মনৈখংদা জিরি থাজোক্তুনা কাংচুপ য়োড শনশেনবম থত্তিদা ইমুং মচুং হুপ্না য়ুম হোংলকখি। চহি ৪ য়োম ঈশৈ তম্বা লেপখি। অতুগী মতুংদা শন-শেনবমদগী সনাম থত্তিদা চত্তুনা ওঝা শ্রীমাইবম চাওবা সিংহদা ঈশৈ মথা তানা অমুক তমথখি। ওঝানা নিমাই সন্ন্যাস, গৌরপ্রভু, ঝাল পালানচিংবা হিরম কয়া শ্রীসিংহদা তম্বীখি। শ্রীসিংহনা ওঝা অসি চহি ১০ য়োম থক্তবকই অমসুং ওঝানা অহৈবা মথৈ তাকপীখি।

শকাব্দ ১৮৭৪/৫ অতুবাইদগী হৌনা সঙ্কীর্তন শকপা শোনবা হৌখি। হৌজিক কলাকার অসিগী চাওরাক্লা চহি ৪৭ য়াম সুরে। মণিপুরগী মফম কয়াদা নাম লোক্লি। শিনফম অসিনা জীবিকা ওইরি। কলাকার অসিনা কয়া হোংনগনা "সঙ্গীত ভবন লমশাং" কৌবা সংস্থান অমম্ ১৯৭৫ ইংদা রেজিষ্টার তৌখি। শ্রীসিংহ সংস্থান অসিগী ভাইস প্রেসিডেন্টনি। সংস্থাগী চলাইবা সঙ্গীত-কলা-বিদ্যা-স্কুলগী ওজা ওইরি। স্কুল অসিদা নুপামচা নুপীমচা কয়ানা পুং, ঈশৈ, জগোই অমদি গৌরলীলানচিংবগী শিন্দম ফংলি।

কলাকার অসিগী হোংনবা কনবা অমদি হৈক্তোইবা মতৌ উবদা এ.সাসিয়েশনগা শিন্নাংবা অহমসুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা "সঙ্গীত বিশারদ' হায়বা উপাধি পীখি।

---

# শ্রীগুরুময়ুম ব্রজমণি শর্মা

শোক ১৯৩৬ ডা থ্বাই নাগা মপাল শিংজুবুং লৈরক হায়রগা খঙনবা মকম অহুদা শ্রীগুরুময়ুম ব্রজমণি শর্মা পোকখি। অপোকপা মপাবুং শ্রীনিত্যাই শর্মা (কবিরাজ) শ্রীশর্মানা চহি ১২ শুবা মতমদা লোক্লাখি। অপোকপী কামিনী দেবীসু সংসারদগী বিদায় লৌখি।

মশাগী চহি ১০ শুরকপা মতমদা, মতোমতগী শক্তিনা য়েকচবা লাই খুৎয়েক কয়ামুক উবদা অপোকপীনা মহাকপু ইম্ফাল আর্ট স্কুল [হৌজিক্তা ইম্ফাল আর্ট কলেজ ওইরিব] দা তমহনখি।

শোক ১৯৫৪ দগী হৌনা মহাক্তা ওঝাগী মতেং পাংদুনা স্কুল অসিগী ছাত্র—ছাত্রী কয়াবু তম্বীবা হৌখি। চৎলিবা চহি অসিদা শিলোংদা শ্রীরাম কৃষ্ণ পরমহংসগী পুন্সিগী মরমদা উৎকদবা মেলা অমগী লাই কয়ামুক য়েকলুনবগীদমক্তা শ্রীব্রজমণি শর্মা মহাকী ওঝা শ্রীহজুবম শ্যামো শর্মাগী ভুং ইন্দুনা চৎলম্মী। মহাক্তা শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসগী অহল ওইরবা শক্লমগী তসবীর অমদগী শুপগী চহি ৭/৮ তা ডাইবিবা শকথম মালহন্দুনা লাইনা য়েকখিরম্মী। শ্রীমতি সারদা দেবীগী শক্লমবু লাইফ সাইজদা য়েকখি। হায়রিবা শক্লম অসিমকী ফোটোগ্রাফ অমা শোক ১৯৫৪ গী আনন্দ বাজার পত্রিকাগী চেকোওদা হাপখি।

শোক ১৯৫৫ দা লিংথৎলিবা মহাত্মা গান্ধী স্মারক বিদ্যাপিঠ গো-ভর্ণমেন্ট এল: পি: স্কুল অসিগী ওঝা থয়রকপদা লৈকাইগী ওইনা মরমচৎ কজবা মীওই অমা থিনয়কপদা মহাকপু স্কুল অসিগী ওঝা ওইনা থনখি-রম্মী। ওঝা ওইনা ওইন মহাক্তা ইমুং মন্নুংগী অরাবা শরুক কয়া য়াগুনা মশাগী মহৈ মশিং তম্মনবসু য়াম্না কয় হোৎজরম্মী। শোক ১৯৫৮ চহি অসিদা মহাক্তা ডি: এম: কলেজগী ইমারম অসি ডিজাইন তৌখিবনি। শোক ১৯৫৯ দা শর্মানা ইন্টরমিডিয়েট তমলিঙৈদা কলেজ অসিগী আর্ট এক্সিবিসন্দা মথংশিংনা অহানবা অময়ুং অনিসুবা মনা কংখি। হায়রিবা চহি অসিদা কলেজ অসিগী মেগাজিনগী মখুম অমা ডিজাইন তৌখি। মসুগীদমক্তা মহাকপু কলেজগী প্রিন্সিপালনা মনা পীখিরম্মী।

শোক ১৯৫৯ দা হৌজিক্না ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইবিরিবী শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিনা ডিঃ এমঃ কলেজদা লেংঙকপা মতমদা শ্রীব্রজমনি শর্ম্মাগী কলয়া য়েকপা ইন্দিরাগী শক্তম অমা মখুৎমক্না প্রজেন তৌখিবগী-দমক্তা কলেজকী ওথৌরিটিনা মহাকপু মনা পীখিরম্মী।

শোক ১৯৬০ দা মহাকপু ইম্ফাল আর্ট কলেজকী গোভর্নীং বোডিনা মহাকপু ভাইস প্রিন্সিপাল ওইনা খনখি। কলেজ অসিগী চাউখৎনবগী খোংথাংদা মশাগী ওইজবা থবক কয়ামরুম থাদোকতুনা কলেজ অসিগী লম অমতং ফংননবা হোৎ-নবদা মহাকী ওজাগী মতেং ওন্মমৈথে থরাই হকচাং য়াওনা হোৎনরম্মী। মমৈ-থংদা য়াম্না রানা হোৎন-রবগী তুংদা লম মচেৎ অমা নিউ রাব সেমিত্রি মনাক্তা ফংখি।



শ্রীগুরুময়ুম ব্রজমনি শর্ম্মা

মহাক্না কলেজ অসিগী পাংথোরকপা ফংসন ১দি হিরম কয়ামুক্তা থরাই য়াওনা হোৎনরম্মী। অস্থুম্না মহাকী পুন্সিদা লাইয়েক-পগী থরক্তা লোইননা লাইরিক-লাইগুগী রাথল-ম্সু মতম লৈবখিবিক্তা থদ্মু-নতা লৈরম্মী। শর্ম্মানা অহাংবা মতমদা কম্না হোৎনজদুনা শোক ১৯৬৯ দা গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী মথাদা বিঃ এঃ পাস তৌখিরম্মী। শোক ১৯৭০ দা কাঞ্চিপুরদা বিঃ টিঃ পাস তৌখি। হায়রিবা চহি অসিমক্তদা মহাক্না মণিপুর উইমেন্স হোসপিটালগী টেব্লোক অমগী ডিজাইন তৌখিবা টেব্লোক অদুনা চহি অদুগী পুথোক্লরকপা থুনিংমক্তগী মকোক ওইখি।

চহি অসিবক্তদা মহাক্কা পোখাবা লৈকনা এল: এম: দৈব্যশাচীব লো কলেজকী ছাত্র অমা ওইহুনা লো তথা হৌরমই। শোক ১৯৭১ কী আগষ্টকী তাং ৫দা মহাক্কা ইম্ফাল আর্ট কলেজকী প্রবক্তগী পোথাখি। শোক ১৯৭১ অমসুং ১৯৭২গী ওইবা কলচ.রল কোরম পাংথোকপ আর্ট একজিবিসনদা কলাকার অসিগী ওইবা বাটর কলরগী পেন্টিং কয়ামুক উৎখি। শোক ১৯৭২ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা পাংথোকখিব ষ্টেট আর্ট একজিবিসনদা কলাকার 'সিনা একাডেমী এব র্ড ফংখি। মথংগী চহিদসু (১৯৭৪ দা) অমুক্কা হন্না একাডেমী এরার্ড ফংখি। অমসুং পি: জি: টি: কলেজকী ইমব্লেম অমগী ডিজাইন কম্পিটিশনদা মহাকী ডিজাইন অহুনা ফাষ্ট তাহুনা মনা লুপা ১০০ ফংখি। শোক ১৯৭৬ দা মহাক্ক মণিপুর আর্ট কলেজ লিংথংখি। কলেজ অসিনা গোভরমেণ্টকী ওইবা ডিপার্টমেন কয়াগী আর্ট কম্পিটিসন কয়া পাংথোকখি।

শোক ১৯৭৬ তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা ইন্দিয়াগী মফুংদা লৈরিবা অকাওবা আর্ট কলেজশিং য়েংহন্নবা চৎহনখি। চৎলিবা চহি অসিদা মহাক্কা মণিপুরদা অহানবা ওইনা ইন্দোজপানিজ চিলড্রেন্স আর্ট একজিবিসন অমা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা নুমিৎ ৭ নি চুপ্না পাংথোকখি। চৎলিবা চহি অসিদা মহাক্কা মণিপুরদা লৈরিবা হায়স্কুল কয়াদা চত্ত্না ক্লাস টেনগী ছাত্রশিংদা নিয়ম কয়াগী পাম্বৈনা মেপ ড্রোইংনচিংবা তম্বীবগী থবক কয়া চথরক্কি। মতৌ অসুম তৌনা মহাক্কা এডুকেসন থ্ আর্টকী মাইপৈদা অথুবা খোংজেল অমা পুরক্কবা কন্না হোৎনরক্কি।

আর্ট অমসুং কলচরবু চাউখৎহনবগী থোংথাংদা আটিষ্ট মশামক হৌজিক ফাইন আর্ট সোসাইটিগী একজিক্যুটিভ কমিটিগী মেম্বর অমনি। ওসুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন ১৯৭৬ ইংদা "চিত্রকলা আচার্য্য" উপাধি পীখি।

---



শ্রীগুরুময়ুম ব্রজমণি শর্মা

# শ্রীক্ষেত্রিময়ুম কালা সিংহ

খ্যাইনা লৌশিংবী মতমদা ক্ষেত্রি কালা হায়রগা খঙনবা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম কালা সিংহ শকাব্দ ১৮৫৪ পোইন্নু থাগী ইরাই হুমিৎতা পোকই। পোক্লকফম, কোংপাল ক্ষেত্রি লৈকাই, পোরোমপাত্তুনি। অপোকপগী মিং ময়াম্না সনা হায়রগা খঙনবা শ্রী৺তোনম্না সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিং রাংথেম নিঙোল কেতুকী দেবী কোই। অপোকপগী শিনফমদি 'লাইরিক হায়বনি' অমসুং লেথক অমা ওইনা 'শ্রীপঞ্চালী অনি' 'ভক্তরাজ প্রহ্লাদ' হায়বা লাইরিক অনি ইখি। লোয়নবা ইখোল কোইন-কোইনা শুমাং লীলাগী কলাকার অমসু ওইখি।



শ্রীক্ষেত্রিময়ুম কালা সিংহ

শিক্ষা :—১৯৫৪ ইংদা কাক্চিংপুর ৪ায় স্কুলদগী মেত্রিক পরিক্ষা পাস তৌখি। ইং ১৯৬৪ দা বিঃ এঃ পাস তৌরবা মতুংদা বিঃ এদ (বেসিক) থাই অমসুং পাস তৌখি। মতুং ইং ১৯৭০ দা এমঃ এঃ (মণিপুরী) পাস তৌদুনা মণিপুর কলেজদা ওজা ওইখি।

শ্রীসিংহ শিক্ষাগী লমদা হোৎনবা কনবা মীওই অমনি। মেত্রিক পাস তৌবা কুমদগী হৌনা শেল থোকপা থবক তৌন-তৌনা মথং-মথং লাম্হোয়ক্তুনা এমঃ এঃ লোইখিবনি। শিক্ষাগী লমদা হোৎনবা কনবা শ্রীসিংহবা হায়বদুদি নত্তে, সমাজগী থবক্তা সমাজগী চাউখৎপা অমাদি কাম্বা পুরক্নবা থোরমশিংদা অণবা থোদাং মায়কপা মীশকনু অমা ওইরকখি।

মহৌশাগী লাইরেংগী লমদা :—শ্রীসিংহ পোকতৌদগী হৌনা তিঞ্জেন লাইচেনবা মীওই অমা ওইনা হৌরকখি। ইং ১৯৫৪/৫৫ গী অহুমাইদা থামা শাথিনা নাখি, মতুংদা ওজা ওইবা কাওবা তোকহন্নবা মীওই থম্না

লাইনা লৈবা মীনি হায়বগী নাম্বাদা যানবা মত পীনরকখি। মায়ুম কয়াশিং অসি মচুং থোরক্তনবা হায়তুনা লাইয়েংনবা হোৎনখি। অহুম ডাক্তর, মাইবা অমদি কবিরাজগী লাইয়েংনা কোকহনবা ঙমখিদে, হেয়া নীংবা কায়রবা মচাক অমা ওইরকখি। মমৈদা মহৌশাগী লাইয়েং (নেচর কিওর) দা থোংদারকখি। অমসুং মরিলৈনবা মীওইশিংগা মরী লৈনরকপা হৌখি। লোয়ননা হিরম অসিদা খিজিনবা থঙজিনবা মীওই অমা ওইনয় শক থঙনবা হৌরকখি।

লেখক অমা ওইনা:—মহৌশাগী লাইয়েংগী মরী লৈনবা লাইরিকশিং ইবা হৌরকখি অমসুং ইং ১৯৬১দা 'হিদাক শিজিন্নদনা লাইয়েংবা' হায়বা লাইরিক অসি ফোংখি। মথংদা 'হকচাং নাদনবা অচৰা পাথৈ থবা, মণিপুর সরকারগী নিও লিটরেট বুক কম্পিটিশনদা মনা ফংহনা ফোংখি। "টিঃ বিঃ গী লায়না অমসুং লাইয়েং" অমসুং "অঙাং য়োক থাকপা" অনিনচিংবা লাইরিকশিং ফোংখি অমসুং অতোপ্পা লাইরিক অতৈ থমসু ইহনা লৈরি। "আরোগ্য" ফোংনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি, অমসুং শ্রীতেলেম ৮.যাগেন্দ্রজিৎ সিংহ "আরোগ্য" গী কাউণ্ডর ইডিটরনা লৈখিত্রবদা—হায়রিবা চেকোং অসিগী মরুওইবা হক লৌবা সম্পাদক অমা ওইখি।

সমাজ সেবাগী লমদা:—কোংপাল এমঃ ইঃ স্কুলগী সেক্রেটরী ওইরকখি, অমসুং অতৈ সংস্থা কয়াদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখি। মণিপুরগী মরুওইবা মফমশিংদা, মহৌশাগী লাইয়েং (নেচর কিওর)গী ট্রেনিং মীয়ামদা পীনবা থোরম পাংথোকখি অমসুং ফবদা য়ারবা অনাবা কয়ামরুম লাইয়েংখি। ইং ১৯৬৫/৬৬ তগী হৌনা মণিপুর প্রাকৃতিক চিকিৎসা সমিতিগী সেক্রেটরী ওইহনা কারবা হিরমগী অরাংপা-অহোবশিং মেনথংনবা অমসুং চাউথংপা পুরক্নবা থৌরমশিং পাংথোরকখি।

শ্রীসিংহ হৌজিক চহি ৪৪ য়োম গুরে। ডি নেসনেল ইডুকেশন সোসাইটি মণিপুরনা ফোংবা থা ৩/৩ গী চেফোঙ 'পুন্সি'গী ইজেকুই-টিভ ইডিটর ওইরি। হায়রিবা সোসাইটি অসিগী 'য়ং সোলজিয়ারস্' চেফোঙগী ইডিটরসু ওইরি। ইং ১৯৭৪ দা ওল মণিপুর নন-গভর্ণমেন্ট

কলেজ টিচরস্ এসোসিয়েশনগী চেকোঙ 'স্কেল'গী ইডিটরস্ ওইরি।

মাস্থ্য তৌনা, জর্নেলিষ্ট, সমাজ সেবী, লেখক অমস্থুং লাইয়েংবন চংবা শিল্পমশিংদা শ্রীসিংহবু ইকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা ৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা "প্রকৃতিক চিৎকিৎসা বিশারদ (মহৌশা লাইয়েংদা হৈথোইরবা)" হায়বা মিংথোল অসি পীখি।

---

# শ্রীঙাসেপম ইবোতোম্বী সিংহ

শ্রীঙাসেপম ইবোতোম্বী সিংহ খুরাই শোইবম লৈকাই, মেরি লৈরক্তা পোকই অপোকপীগী মিং ৺পঙ্গোই সিংহ, অপোকপীগী মিং ৺তোমচা দেবী কৌই। ওজাবু পোকপা ৺পঙ্গোই ব্যাস আসনদা লেঙশিন্নুনা ৱারী লিবগী জগতত মমিং লৈরবা ওজানি। মীয়ামনা ঙাসেপা ৱারী লিবা হায়না থংনখ্রবা মীশক্তি।



শ্রীঙাসেপম তোম্বী সিংহ

শিক্ষা :—শ্রীতোম্বী সিংহ খুরাই এল, পি, স্কুলদা লাইরিক তমখি। মতুংদা থাংমৈবন্দ এম, ই, দা ক্লাস ফোর ফাওবা তমখি।

ৱারী লিবা তম্বা :—ওজাগী চহি ১৬ শুরকপা মতমদগী চহি ১৮ শুরকপা ফাওবা আদি গুরু ওইনা অপোকপদগী ৱারী লিবা তমখি। চহি ১৮ শুবা মতমদা অপোকপা কাবনৈ। থাংমৈবন্দা লৈবা ক্ষেত্রিমযুম তোম্বজাও সিংহ ওজাদা অমুক ৱারী লিবা মখা তমখখি। নোংমাইথেম সেথো সিংহ ওজাগী মফমদা অশ্বমেধ তমখি। শোইবম তোম্বা সিংহ ওজাদা সরস্বতী ব্যাকরণ তমখি। থৌদাম মিখু

মাইবাম তোম্বী, খুমন্থেম ৺কাওমচা ওজাদা (আদি বায়ু পুরান) তমই। নোংথৈবুং গোকুল সিংহ ওজাদা (প্রভাস খণ্ড) তমই। মুংলেমম চাওবা, সরাংথেম যোগিন-মচিংবা ওজাশিং খন্দুনা বারী মযুং তানা তমখি।

চহি ৩৬ শুনদা যুম পাল্লি। নোনা শা কোয়ুংদা বারী লিবা হৌখি। বোধচন্দ্র মহারাজনা খামেন চৎপা, ফরাংজি ফিদা অমসুং শা খুজি মনা ওইনা পীখি।

রেডিও কলাকার :—রেডিও হোঙবা হুমিত্ত' বারী লীখি। হোজিকসু ইতৎ-তত্তনা রেডিওদা বারী লিরি। ওজানা চহি ২১ শুরকপা মতমদা মাওব পুন্না বারী লিবা হৌখি। মরৈদদি সরস্বতীগী কৃপা ফংলবা মীখক অমা ওইবনা মমিং চৎখি।

মণিপুরেশ্বর মহারাজ শ্রীযুৎ চুড়াচাঁদগী বারী খোগল ফংখি। মসিদগী ওজাগী মিংকম অসি যুম্নাকা কোম্লনা তাসেপা তোম্বী হায়না খঙনখরে।

মনা মথুম :—মহারাজ বোধচন্দ্রনা ওজাবু খুজি, তাল, খামেনচৎপা, ফরাংজি ফিদানচিংবা পীবিখি। ওল ইণ্ডিয়া রেডিওদা ইং ১৯৫৫ দা ওজানা ইহান হান্না রেডিওদা বারী লিবা হৌখি।

ওজাগী সেবক সুমঙ্গল সিংহ, ইবোবী সিংহ অমসুং ওজা মশামকা মতম খরা কলাকার অহুম পুন্না বারী লীদুনা প্রজা সেবা তৌরমই। হৌজিক ওজা অসি মণিপুর কলাকারগী বারী লিবা অকাওবশিংগী মক্লুংদা অমনি। হৌজিক রেডিওদা বারী তোমনা লিরি। মণিপুরগী মথম খুদিংমক্তসু কোইনা চত্তুনা সেবা তৌরি।

ইং ১৯৭৫ দা অহুমসুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা এ.সা-সিবেশন্না ওজাবু "ব্যাখান-রত্ন" উপাধি পীখি। হৌজিক হকচাং ফনা লৈবাকী সেবা তৌরি।

---

# ঙাসেপম কুন্দ সিংহ

শ্রীঙাসেপম কুন্দ সিংহ শকাব্দ ১৮৩৮ আশ্বিন শুক্লা তৃতীয়া নৈপাক-পোকপা হুমিদ্ধা থুরাই সোইবম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং ৺পঙ্গোই সিংহ অপোকপীগী মিং ৺তোম্বীচা দেবী কৌই। অপোকপা নৈপাক্লা শকথংনবা (ঙাসেপা রারী লিবা) অফাওবা ওজা অমনি। ওজা রারী লিবা ঙাসেপম ইবোতোম্বী সিংহ কলা-কারগী মমাম্বনি।



ঙাসেপম কুন্দ সিংহ

শিক্ষা :— চহি ৮শুবা মতমদা লাইরিক তম্বা হৌখি। ক্লাস টু ফাওবা তমহৌই। শ্রীনোংমাইথেম ৺সেথো সিংহ ওজাদা সারস্বত ব্যাকরণ তমখি। কলাকারবু পোকপা ৺পঙ্গোই অসি ঈশৈ রাম্না পামই। মরম অহুনা কলাকার অসিনা অপোকপনা পামজবা শিনফম অসিদা খোংদাখি।

কলা বিদ্যা :—চহি ১১ সুরকপদা আক্তা তোলমু শর্ম্মাদা চংদুনা গৌরলীলা ৩মখি অমসুং নুপা মচা পালা রাওবা হৌখি। ওজা নোংমাই-থেম সেথো সিংহ পাঙ্গীনা লমজিংবিহুনা অঙোম লৈকাইদা লৈবা ওজা নারুম্বম ৺চাওবা সিংহদা ঈশৈ তম্বা হৌখি। ওজাদা তমজরবা মতুংদা ওজানা লমজিংবিদুনা ওজা নোংমাইথেম ৺চাইগোই সিংহদা মখা তানা ঈশৈ তমখি। তখেল্লম্বম থম্বালঙৌ রাখ্বা তোনবুংম, পালা নহা রুপবা অমসুং পঙ্গাবীরা, থাংজম চাওবা সিংহনচিংবা ওজাশিংগী মফমদা ঈশৈ তমখি। তালনচিংবা রাম্না কুপ্না তমহৌই। নারুম্বম ওজানা পেনবিদুনা অখাকপা লৈতনা বিদ্যা অসি তম্বিখি। ওজাগী কুপাদগী ঝাল পালাগী শৈশক অসি রাম্না নিংখিনা তমহৌই।

চহি ২১ সুরকপা মতমদা যুম পাল্লি। লাইবক খিবদগী ওজাগী লোইনবী থনি সুরবা ফাওবদা থায়া অমত্তা নৈতে।

শৈশক ঃ— (১) ঝাল পালাগী শৈশক (২) সনাতন সঙ্গ (৩) হরিদাস নুজান (৪) মান শৃঙ্খলা (৫) নোরোত্তম বৈরাগ্যনচিংবা শক শোল্লি। হৌজিক চৎনরিবা তাল খরা, উপরস খরা, চৌষষ্টি রস খরা, মান ১২ দগী ঈশৈ খরা, পুর্ব্ব রাগগী চিত্রবটনচিংবা ঈশৈশিং অসি হৈ।

মনা মথুম ঃ— ওকেন্দ্র মহারাজনা খামেন চৎপা সা খুজিনচিংবা মনা ওইনা পীরিখি। ১৯৭৬ ইংদা ৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা রিসার্চ এসোসিয়েশনগা ওজাবু ইকায় খুম্নবা উত্তনা "সঙ্গীত-রত্ন" উপাধি পীখি।

---

# শ্রীশরোকখাইবম পাকা সিংহ

শ্রীপাকা সিংহ ইং কুমজা ১৯০৩গী মার্চ্চ থাদা পোকখি। চহি ৫তা ওায়রিগৈ মতমদা অপোকপ লৈখিদবা মরম্না অপোকপগি অঙাংমচা দেবীনা মাউকোনবিরকখি।



শ্রীশরোকখাইবম পাকা সিংহ

শিক্ষা ঃ—খুঙ্গংগী পাঠশালা অমদা লাইরিক তম্নকপা নত্তনা মথা তানা তম্নকপা ওমখিদে। মরম অসিনা লায়র-রবী অপোকপীগী মতেং পাংনবা খো-রমদা অঙাং ওইনা খোঙদাবা হৌরকখি। অঙ্গুম ভোনা ভোনা কলাগী যুম্ফমদা পুক্নিং খোয়দারকখিবনা নহা ওইনা পুং ঈশৈ অমম্লুং জগোইদা থরাই লূপখি। কলাকারগী মরাম্সু পুং য়েত্নুনা লৈবাকী সেবা তৌবা পাম্নকপা ওইবনা মাগী মতুং ইনবনা থৌরমঅসিদা খোইনা হেন্না

পামশিনথি। অমুম্না কলাকারগী থরাই মাওঙবা মতৌ উবদা মরাখনা লৈবক্তিংবিদুনা নৈবাক্না শকথংবিথ্রবা ওজা লোইতোংবম গোকুল সিংহ, সনাম বকুল সিংহ অমসুং রাজকুমার মাজাওবা সিংহদা গুরু ওইজদুনা নট পালা অমসুং মৈতৈ জগোয় অমদি ঈশৈনচিংবা তমথি।

অমুম্না মথং মথং কলা ক্ষেত্রদা খোঙদারকপনা মমৈদদি রাজকুমার ফৈরাম্না, অঙোম তোম্পোক সিংহ, কুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্মা, গুরু হাওবম ৺তোম্বা সিংহনচিংবা ওজাশিং-গুরুশিংগী মফমদা ভঙ্গি পরেং মহারাস, কুঞ্জরাস, বসন্তরাস, নিত্যরাস অসিনচিংবা সমক্রগী মশক ওইরবা কলাশিং অসিগা লোয়ন-লোয়ননা গৌরলীলা, বাসক, চুপিপালা নাগা-ডান্সনচিংবা মথল কয়া তম্নকথি।

শ্রীসিংহগী চহি ২৫ শুরকপদা তাইবং যুম্বালখোদা খোঙদাখি। অদুম ওইনমক গুরু হাওবম ৺তোম্ব সিংহ ওজাগী মহুৎশিনবা ওইনা অমুম লৈরকপনা ওজাগী কৃপাদগী মণিপুর ডান্সকী যুম্ফমদা ইনষ্ট্রক্টর অমা ওইবা ভমজবগী খোবাং ফংলকথি। মতৌ অসিদা ওজানা শ্রীসিংহবু চহি ২৯ শুরকপদা কাছারগী শিলচর, লক্ষ্মীপুর বনতেরাপুরনচিংবদা জগোয়গী ওজা ওইনা থাখি। চহি খরগীদমক জগোই ওজা ওইখি।

ওজাবু মণিপুর সরকারগী লৈখিদ্রবা ৺শ্রীনিলকমল সিং, সেক্রেঃ জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীনা বিশ্ব ভারতী শান্তিনিকেতনদা ওজা ৺তোম্বা সিংহ অমসুং গুরু ৺অমুবীগী পাউতাক মতুংইন্না থা ৪ থবক পুখি। মতুংদা থা ৬ অমগা অমুক শাংথখি মমৈথংদা বোম্বেগী সাবিতা মেহতা, নির্ম্মিলাবু থা ৩ তম্বিনবা হায়রকপদগী চংলুই। মহুদগী হন্নক্লগা শান্তিনিকেতনদা প্রোফেসার ওইনা চহি ১ পুখি। মমৈথংদা হকচাং কংলক্রবনা মরম ওইদুনা থবক থাদোক্লকখি। নাবা করবা মতুংদা JNMD Academy দা থা ২ থবক পুখি। অমুম্না কলা ক্ষেত্রসিদা খোঙদাজবসিদা লৈখিদ্রবা ৺অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন অমসুং গুরু ৺তোম্বা সিংহনা মমল যাম্নবা সার্টিফিকেট পীবিখি।

ইং ১৯৬৫ দগী ভারতীয় নৃত্য কলা মন্দির পাটনাদা চহি ৩ লেকচরর ওইখি। হৌজিক জে: এনঃ এম: ডা: একাডেমী অসিদা ভিজিটিং গুরু ওইরি। ইং ১৯৭৬ এপ্রিল তাং ২১ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডমী এবার্ড পীখি।

---

## শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ

শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর খৃ: ১৯২২ এপ্রিল তাং ২২গী নিংথৌকাবা হুমিত্তা পোকই।· অপোকপগী মিং ৺সনাপতি সিংহ, অপোকপীগী মিং ৺চম্রু দেবীনি। চীংঙামথা লিরা মাইবম লৈকাইদা পোকরকমি।



শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ

শিক্ষা :—চুরাচান্দ হাই স্কুলদা ক্লাশ IX ফাওবা তম্লকখি। ১৯৩৯ ইংদা অপোকপা অহল লৈখিদবা মরম্না মথা তানা লাইরিক তমথবা ঙমখিদে। খৃঃ ১৯৪০দা শীংজমৈ মথা রাইথোম লৈকাইদা মহারোলগী ওইবা সভাপর্ব, অবেপ্পা মরুপ অমসুং দেবলা দেবীগী ড্রামাদা কিচক, আই, পি, অমসুং খিজির খাঁগী পার্ট লৌতুনা ড্রামাদা থরাই য়াওনা মতম থরা লেনখি।

খৃঃ ১৯৪৩ ইং সেকেণ্ড বার্মিড রাইফল B. I. C, No. 604 of 20th Dvn. দা ইন্টরপ্রিটর ওইনা মিং চন্দুনা মণিপুরগী নোংপোকথংবা চীংগী শরুক্তা লালগী মতেং পাংলকখি। ইং ১৯৪৫ দা নাউরেম লৈকাইদা রঙ্গ মন্দির, কলা মন্দির ড্রামা হোল অনিগী ডাইরেক্টর ওইরকখি। রঙ্গ মঞ্চদা মশামকী অইবা "ওক্তবা" সমাজিক প্লে পুথোক্তুনা শাম্নখি। মথং মথং

রাজকুমার, হরিশ্চন্দ্র, অয়েক অমসুং মাইস্নু শেমচাগী লীলাদা ডাইরেক্তর ওইরগা এক্তরা মেন পার্ট লৌহুনা সমাজ সংস্কার তৌখি, মথং মথং ক্যাম্পেন খৌরাল অমসুং ককচিংদা সো কয়ারক উংখি।

১৯৪৭ ইংগী কংগ্রেসকী অন্দোলনদা ভোলুন্টিয়ারশিংগী কমাণ্ড রাওহুনা অন্দোলনগা মপুং ফাগুবা লোইরবা তুংদা শগোলমাঙদা চত্নুনা এল, পি, স্কুলগী ওজা ওই। মথং মথং ইউ, পি লিখ্রংখি। ১৯৫১ দা এল, পিগী ওজা ওইবা তোক্নুনা সোসিয়েল ৱার্করদা হেন্না পুক্নিং চঙহুনা য়োকী থবক্তা হেক্তিনবা মতৌ উবদগী ৬৬দা বেষ্ট সোসিয়েল ৱার্করগী মনা ফংখি। লোয়ননা মৈতৈ ময়েক থঙননবা হোংনহুনা সাহিত্যদা খোঙদাবা হৌরকখি।

১৯৬৯ দা শগোলমাং থাদোক্নুনা ইম্ফালদা হোংলকখি। অপোকপী কায়নখি। মথংদা নিংথৌরোল শৈরেং অহানবা শরুক ফোঙখি। মথংগী চহিদা নিংথৌরোল লম্বুবা, থাগেম্বা লাঙজৈ, লোয়ন-শিনলোন ফোঙখি। মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা ফোঙলিবা চৈথারোল কুম্বাবসিমক শ্রীসিংহনা ছাপা নম্বা য়ানবা বাঙ্গালী ময়েক্তা ইথোকখি। লোয়ন-লোয়ননা মৈতৈ ঈনাং ফুরুপকী সদস্য অমগা মৈতৈ ময়েক শংন্দাকপা কাঙলুপ রাষ্ট্রগী সদস্য মথংদা ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইখি। কায়কুল কয়াদা লৈরিবা ছাত্র ছাত্রীশিংদা মতম মতমগী ওইবা ময়েকী ট্রেনিং কেন্দ্র হাংবদা অচৌবা থৌদাং লৌবদা নত্তনা একজামিনর ওইরকই। কাছাড়গী শ্রীবার কৌবা মফমদা আর্টস এণ্ড একজিবিসনগী খোঙচত্ত প্রেসিডেন্ট ওইহুনা মী চংনা শাবা কমিটিগী লুচিংহুনা মপুঙফাবা সো উংলি।

মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী, কলচরেল ফোরম মণিপুরগী সদস্য ওই-রকখি। পরিষদনা চেফোঙ সাহিত্যদা আর্টিকল কয়া হাপখি। পান মণিপুর লীগকী ২শুবা, ৩শুবা চেফোঙদা আর্টিকলশিং হাপখি। মমৈথংদা নহারোল সাহিত্য সভাগী সদস্য ওই। মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসনগী প্রেসিডেন্ট ওইরকখি। মৈতৈলোন্দা চেফোঙদা আর্টিকল কয়া হাপখি। আমিদা কৌবা সংস্থা অমগী প্রেসিডেন্ট ওই পুন্সি চেফোঙগী ইডিটর ওইরকখি। লোয়ননা মুমজাউ লৈমা (পিতংঙা),

মনামহি লাইকল, খুমন জিওনোলে জি. নৈময়েল মিচৈ ১০৮ অমসুং অশ্বমেধ পুর অহাল্বা শরুক কোওখি। কোক্নুং লম্পাক্তা কৌখিবা মেলাদা ষেক ৭কী জিওনোলোজি চার্ট য়েক্নুনা উৎখি। লোয়নবা ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী, কলচরেল ইন্টিগ্রেশনগী সদস্য ওইদুনা লাকখি। ইন্টিগ্রেসনগী হিল এরিয়াদা ইন্টিগ্রেসন প্রচার তৌবা অয়াম্বা মতমদা য় ওরকখি।

হৌজিক মুমিংকাপ্পা, উতাংবী, অশ্বমেধ পুর ২শুবা শরুক, চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা সম্পাদন তৌবা লোইরদুনা প্রেসতা নৈরি। ইং ১৯৭৮দা ষ্টেট কলা একাডেমীগী ফেলোসিফ ইন ফোক লোয়রগী কীবমদ চহি ১॥০ চথুরকখি। লোয়নবা একাডেমীগী ফংসন খুদিং কেংবাংলকখি। অদুগা নহারোল সাহিত্য সভাগী ফোক লোয় লেকচর সিরিজদ অমদি ওল ইণ্ডিয়া রেডিও ইম্ফলগী প্রোগ্রাম কয়াদা শরুক য়ারকখি।

---

# শ্রীমতি হাওবম ঙাঙবী দেবী

শ্রীমতি হাওবম ঙাঙবী দেবী ইং ১৯২৭ গী আগষ্টকী তাং ১দা উরিপোক বাচস্পতি লৈকাইগী কোইজম ৺বকুল সিংহ কৌবা সঙ্কীর্ত্তন্দা মথবাই কচ্চথিব ওজাগী ইমুংদা পোকখি।



শ্রীমতি হাওবম ঙাঙবী দেবী

মায়া অঙাং, ওইনা চহি ৬ চঙলকপদা জলপায়গুরিগী মেলাদা অমদি কলিকতাদা মৈতৈ জগোই উৎখিবদা শরুক য়াবকখিনি। লোয়নবা ১৯৩২ দগী ৪০ ফ ওবগী মতুংদদি লাইহরাওবা, চৌংগী জগোই অমসুং মণিপুরী রাসকী ঈশৈশগা কোয়না শ্রীযুক্ত পদ্মশ্রী গুরু ৺অমুবী সিং গুরু হাওবম অতোম্বা সিংহ, য়ুয়াম ওজা ৺নাতুম সিংহ অমসুং ঙাঙোম ওজা যদু সিংহনচিংবা গুরুশিংগী মফমদা মথল

মখোয় কয়াগী মীটৈংশ অমত্তুংদা জগোই ইরবিংবা তমখি। অসুম্না কলাগী মরুপ খোঙদাবকপদা ১৯৩৬।৩৭ ফাওবা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী এক্ট্রেস অমা ওইরকখি। লোয়ননা চহী কয়ামগী মনা মটাংদা মাইস্নাম ওপেন্দ্রো সিংহ, ক্ষেত্রিমযুম অঙৌ মিবু সিংহ অমসুং সিংহজাম মাধবদেব সিংহ ওজাশিংদা তিংখাঙগী ক্লাসিকেলগী মীটৈংশিংশিং অসি তম্লকখি।

ইং ১৯৩৭ তগী ৪৫ ফাওবদি ললিত কলা ভবন ইম্ফালদা ছাত্রী অমা ওইনা যাওনা যাওনা শিলোং, গৌহাটি অমসুং জোরহাটকী সা কয়ামুক্তা যাওরকখি। চহি অসিগী মতুং ১৯৩৮ দা ইম্ফাল থিয়েটর পার্টিনা উৎখিবা বসন্ত বিমলা প্লেদা বিমলা নায়িকাগী শরুক যাৎখি।

১৯৪১ দা শ্রীমতি হাওবম দেবান লৈকাইদা লৈবা হাওবম অমুবা সিংহগা লোয়ননা লুহোংখি। ইং শাক ১৯৫১ দা উৎখিবা ইণ্ডিয়েন কলচরেল একজিসননী বীরঙ্গনা প্লেদা থাওগী জগোই শাখি মাতুংদা আসামগী গভর্ণরনা পেনবিদুনা তকমা অমা পীরকখি। অসুম্না কলাগী হীরম কয়াদা খোঙদাবকখিবনা শ্রীমতি ১৯৫৪ জুনগী তাং ১৪দা মণিপুরী অমসুং ক্লাসিকেল যন্ত্র পাময়বী অমা ওইনা ডান্স কলেজদা ওজা ওইনা থনখি।

১৯৫৫ দা রিপব্লিক ডেগী উপলক্ষ্যদা উৎখিবা কোক তাঙবকী খোঁদাং ডান্স কলেজগী আর্টিষ্ট অমা ওইনা শরুক যাখি। লোয়ননা দিল্লিদা উৎখিবা ভারত সরকারনা শিল্লাংবা নেসনেল ডান্স ফেষ্টিভেলদসু শরুক যাখি।

১৯৫৬ তা ইষ্টর ষ্টেট এক্সচেঞ্জগীদমক ললিত কলা একাডেমী জয়পুর হাউস নিউ দিল্লিদসু শরুক যাখি। ১৯৫৭দা মণিপুর ডান্স কলেজনা উৎখিবা তম্বল কাইবোকপী জগোই অমা দিল্লিদা রিপব্লিকদমক উৎখিবদা অচৌবা খোঁদাং যাখি। ১৯৬৩দা কুমারী সবিতা মেহতা বেনগা শীনবা শিলচরদা অমদি গৌহাটিদা স্পেসিয়েল ওইনা উৎখিবা লিলা লিলাতি শাখি।

১৯৭০ দগি মেঘালয় ষ্টেটকী তুরা কোবা মফমদা মণিপুর সরকারনা শীনবা কলচরেল ট্রুপকী থৌদাং যাখি। হৌজিক জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী ভাইস প্রিন্সিপাল ওইরি। কলাকার অসিবু শকথংবীবা ওইনা এসোসিয়েশনদা ৪বা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা নৃত্যাচার্য্য উপাধি পীখি।

---

# শ্রীমিঃ কৈশং মোদার মরিং

শ্রীমিঃ কৈশং মোদার মরিং শোক ১৯২৬ ইংদা পোকই।

শিক্ষা :— ক্লাস ফোর ফাওবা শিক্ষা ফংখি।



শ্রীমিঃ কৈশং মোদার মরিং

কলা বিদ্যা :—১৯৩৭ ইং দগী ১৯৪০ ফাওবা মরিং কলচরগী ওইবা পুং, জগোই, খোশারোলনচিংবা তমখি। সাং খুদৈ খুলেন্দা লৈবা শ্রীচিংশাং লাকপা মরিংদা মথং মথং তমখি।

১৯২৯ ইংদগী ১৯৫০ ফাওবা মরিং জাতিগী মিং থোনবা, হয়াওবা, লুহোংবা, লৈহোংবা অমসুং মরিংগী মনাংকা মরি লৈনবা পুং ঈশৈ জগোয় অমসুং খোশাবগীদমক্তা শ্রীমরিংবু লুচিংবা থনখি।

১৯৪৯ ইংদা লৈবী খুন্দ লৈবী শ্রীতেবী মরিংবু লুহোংহনা লৌখি। ১৯৫১ দগী ১৯৬৫ ইং ফাওবা লোংপোক মাইকৈদা লৈবা মরিংশিংনা ওজা অমা ওইনা থনখি (মহৈ তমখি)। ১৯৬৬ তা মরিং জাতিগী ওইবা মনাংকী লুচিংবা অমা ওইনা ম্যাগী লেখক মোখিলবু হায়রমই। ১৯৬৬ তা মরিং জাতিগী মনাং শন্দোক্লবা ফুনাল গোয়বোমদা যুন

হোংলকখি। ১৯৬৮ ইংদা মহাক্না মরিংগী মনাৎ নোংচুপ মাইকৈদা লৈবা মরিংশিংদা শন্দোকপা হৌখি। ১৯৬০ ইংদা খুদৈ খুন্দোদা মরিং খুমন শাগৈ পুম্নমক্কী অপুনবা মিটিং অমা তৌখি। মিটিং অসিগী মমাইকম্বগী তাংবল লৌখি।

মিটিং অসিদা ওল মরিং খুমন রিলেটিভস কলচরেল এসোসিয়েশন হায়বা সংস্থান অমা শেমখি। সংস্থান অসিগী শ্রীমবিংনা লুচিংবা ওইখি।

অকল অখৌগী থবক :— ১৯৪৫-৫৪ ফাওবগী মমুংদা ফাখিবা শাশিং লমওক তয়েৎ, শজি মাপল, শাঙাই অনি, শাজন অমা, অমসুং কৈ অমা ফাখি। ১৯৫৭ ইংদা লোক্তাক্তা লমথন শাবা অমগা অমোম অমগা ফাখি। শ্রীমবিংগী খৌনাফবা অসিগীদমক্তা মরিং প্রজাশিংনা ন,মিৎ ছুম্মি চাক থাংখি। লোইননা হরাও-কুম্মৈ তৌখি।

১৯৭৫ ইংদা শ্রীমরিংগী সেবকশিংনা লাইক্রোক মরিং খুলদা কলচরেল প্রোগ্রাম অমা উৎখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা রেকোর্ড তৌখি অমসুং ফিলম লৌখি।

ওজা অসি মরিং জাতিগী পুং, ঈশৈ, জগোয়গী শকনাইরবা কলাকার অমনি। ওজাগী গুণবু থংবিদুনা মরিশুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা এসোসিয়েশনন্না "নৃত্য বিশারদ" উপাধি পীখি।

---

# শ্রীমতি লৈপাকলোৎপী দেবী

শ্রীমতি লৈপাকলোৎপী দেবীগী ৬পোকপা শ্রীনরহরি রায় অমসুং অপোকপীগী মিং ৺নয়নী দেবী কৌই। অপোকপা অমদি অপোকপী অনিমক কলাকারনি। অপোকপীদি মতম অমা, ফনা নিংথিনা ঈশৈ শকপী ওইরমই। মচিন-মনাও মরি পোকই। মুপী অনি, মুপা অনিনি। শ্রীমতিনা অহলনি।



শ্রীমতি লৈপাকলোৎপী দেবী

শিক্ষা ঃ— খুরাই এল, পি, দা লাইরিক তম্বা হৌখি। তফাম্না গালস স্কুলগী ছাত্রী ওইরমই। হিন্দী উত্তমা ১দি মেট্রিক্‌কা মান্নবা পরিক্ষা পাস তৌখি।

ঈশৈ ঃ— চহি ৬ লোম চংলকপা মতমদা, বসন্তরাসকী খোমদোন লংখি। চহি ৭ তা ওজা শ্রীচবুংবম লৈবেন সিংহনা, বসন্ত রাস তম্বীহনা কৃষ্ণ শাখি। চহি ৮ শুরকপা মতমদা, শ্রীযুক্ত ওজা খোংবম মুনাল সিংহনা ঝুলোন মুপী পালা তম্বীহনা ঈশৈ হনখি। শ্রীমতি চন্দ্রকলা দেবী অমসুং শ্রীমতি ৺পিশকমচা দেবীগী বাসক, খুবাক ঈশৈনচিংবা অহানবা ওইনা যাওবা হৌখি। ঈশৈ তম্বীবা ওজাদি শ্রীযুক্ত মুনাল সিংহনি।

দিবারাস ঃ— শ্রীঅথাম ওজা ৺তোম্বা সিংহনা ইহান হান্না দিবারাস তম্বীহনা আক্ত ৺অতোম্বাপু শর্ম্মাগী মাণ্ডবতা, শান্নবা য়াওখি। শ্রীমতিনা মাগী পুন্সিদা জগোয়দা গোপী অমা ওইনা অহানবা ওইনা খোংদাখি। মথংদা শ্রীহাওবম ওজা ৺অতোম্বা সিংহনা, তম্বীবা বসন্ত রাস বিজয় গোবিন্দদা য়াওখি। ওজানা তম্বীবা জগোয় মথল মরি অমত্তা চিথদনা য়াওখি। মথংদা শ্রীমাইস্নাম ওজা ৺অমুবী সিংহনা তম্বীবা জগোয় মথল মরিমক অমত্তা চিথদনা য়াওখি।

মণিপুরগী জগোয় ঈশৈ তম্বীবা, ওজাশিংনা শকথংবিরকপা অমসুং প্রজাশিংনা সুংশিবিবকপদগী অতৈ অথম লৈতনা জগোযদা থোংদারকখি। শ্রীমতিনা মশাগী চহি ২৪ শুরকপদা শ্রীথুলেম চন্দ্রশেখরগা লোয়ননা লুহোংখি। শ্রীমতিগী মচা অহুম পোকই, নুপী অনিনি নুপা অমনি।

গৌরলীলা ঃ—শ্রীশগোলশেম ওজা ৺তোমচৌ সিংহ (জগাই শাব) দা ফারা শাবা, মনুমাতা শাবা তমখি। মতম অমা গৌরলীলাদা থোংদা-ধমই। সুবদনী দেবীদা মমা শাবা তমখি, অমসুং ওজা অসিগী মতুং ইন্দুনা মমা শাখি।

সূত্রধারী ঃ—ক্ষেত্রি তোম্বী দেবীদা বোরীচুনা চহি ২৫বোম শুরকপদা, সূত্রধারীগী ঈশৈনচিংবা তমখি। ওজা অসিনা হেক তম্বীবগা চহি ফাদনা ওজাগী তুংইন্দুমা, চহি ২৬ রোম চংলকপদা সূত্র শকপা হৌখি। শ্রীমতিবু মীনা খংবিরিবা হিরমদি, জগোয়গী গেপী অমদি সূত্রধারী ওইনমি। ওজা অসিগী মতুং ইন্দুনা জগোই রাস কয়ামরুম শকখি। সূত্রদা মমিং চংলবী কলাকারশিংগা লোইননা ঈশৈ শকখি। মখোইচুগী মমিংদি ঃ— (১) লৌরেম্বম তোম্বী দেবী (২) থম্বাল মবিক দেবী (৩) নম্বোল পিশক দেবী (৪) থৌনৌ রজনী দেবী (৫) ভানুমতি অসিনচিংবা। দিবারাসকী সূত্রধারী ওইনা শ্রীমতি ভানুমতি দেবীগা ইতত্তুনা শকমিন্নে। শ্রীমতি লাইময়ুন নিঙোল মণি দেবীদগী গীতগোবিন্দ সর্গ ৫ তমই। শ্রীমতি অসি ৺গুরু অমুবী সিংহ, ৺গুরু হাওবম অতোম্বা সিংহ অমসুং ওজা সোরোকখাইবম পাকা সিংহনচিংবা ওজাশিংনা হৈরিবা অরিবা অমদি অনৌবা জগোয়গী ঈশৈ খুদিংমক সুনা হৈ।

রেডিও কলাকার ঃ—শোক ১৯৫৭ দা আকাশবাণী গুৱাহাটিদা চত্তুনা ঈশৈ শকপা হৌখি। মণিপুরগী রেডিওদা ঈশৈ-শকপীশিংগী মনুংদা অহানবা ওইনা গুৱাহাটিনা টেপ রেকোর্ড তৌখি। গুহাহাটি, শিলোং, পটনানচিংবা মফমশিংদা সূত্রধারী ওইনা, ঈশৈ শকপা চংলুরে। ১৯৬৩ ইং আগষ্ট তাং ১৫দা জোনষ্টোন হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুল হোলদা আকাশবাণী ইম্ফাল লিঙ্খৎপদা শরুক য়াখি। আকাশবাণী ইম্ফালগী বিহায়রী কলাকারনি।

শোক ১৯৬৭ দা ডি মণিপুর এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইটি রেঃ জিঃ নং ৮৮ না, সঙ্গীত বিশারদ হায়বা উপাধি অসি পীখি। শোক ১৯৭৫ দা গুল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগী অশৈহনবী (B. A.) সেকেণ্ড ক্লাসতা পাস তৌখি। তাং ২১।২২।২ ১৯৭৩ দা মণিপুর ষ্টেটকী ২সুবা মপোক সুমিংকী জগোই রাসতা সূত্রধারী অমা ওইনা ঈশৈ শকখি। হায়রিবা ষ্টেট ফংসন অসিদা ঈশৈ শরুই হায়গীদমক্তা সঙ্গীত সভানা ইস্তোকখি। থা ৬ রোমগী মতুংদা লুপা ৫/- ফাইন তৌরগা লৌথংখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিল্লাংবা ডান্সর বার্কশোপ অমা থা অমা চুপনা য়াওখি। ষ্টাইপেন লুপা ৫০/- ফংখি। ডান্সর বার্কশোপকী লোই-শিনবদা সূত্রধারী অমা ওইনা ঈশৈ শকখি অমসুং একাডেমীনা লুপা ৫০/- পীখি। জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট (রাস সূত্র) তা তমখি। ১৯৭৫ ইংদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্টতা (মণিপুর পুম্বগী মকোক ওইন) পাস তৌখি, কলাকার অসি হৌজিক নট সঙ্কীর্ত্তণ ১দি রাসকী সূত্রধারী ওইনা লৈপাক্কী সেবা ফংখি। শ্রীমতিগী চহি ৪০ গী মথকনি। ৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন ১৯৭৬ ইং তাং ২৭ তা গীত গোবিন্দ (পালা) শকখি। মতুংদা শ্রীমতিনা ঈশৈ হনখি।

---

## শ্রীক্ষেত্রি তোম্বী দেবী

শ্রীমতি ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী শকাব্দ ১৮১৯ বৈশাখ ২৯ নোংমাইজিং সুমিত্তা পোকই। অপোকপগী মিং ক্ষেত্রিময়ুম চাউবা সিংহ কৌই অমসুং মতম অদুগী মিংচংলবা চুহারনি। অপোকপীগী মিংনা অমুবী কৌই। শ্রীমতি ক্ষেত্রি তোম্বী দেবীগী পোকফম শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তনি। ঈশৈ নোংমাই তৌবা ইমুংদা পোকপী ওইবনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা জগোয়-ঈশৈদা স্বর্গীয় সার চুড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা মজাইবেম্মা তম্ফাসনাগী মমাম্নবী অমা ওইনা সনা কোনুংদা লৈদুনা অফাউবা ওঝাশিং

পুন্নমক্তগী জগোয়-ঈশৈ য়াওবকই। স্বর্গীয় তোরাংবম অঙৌ সিংহনা এসরাজ খোংলগা মহাক্না অমুক শক্তুন' ফাংনবগী মওংদা শকপা ঈশৈ মতম অদুদা মীন' য়ায়া পাম্‌ংখি।



শ্রীমতি ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী

মশাগী চহী ১৩ শুবা মতমদা স্যার চুড়াচান্দ মহারাজনা বিলাতকী যুবরাজ প্রিন্স ওফ বেলসনা ভারত্তা লাকখিবদা মণিপুরদগী জগোয়গী কাণ্ডব অমা পুন্দুনা লেঙখিবদা মকোক চিংবী ওইনা মহাকস্থ য়াওখি। কলিকাতাগী চৌরঙ্গী রোডতা শান্নখিবা বসন্তরাস অসিনা মপান্দা শাগিবা অহানবা মণিপুরী জগোয়নি। হায়রিবা জগোয় অসিদা প্রিন্স ওফ বেলস মশামক্না শ্রীমতী ক্ষেত্রি তোম্বীদা লুপা ৫০০গী মনা অমা পীখি। খোঙচৎ অসিমক্তদা কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরস্থ অহানবা ওইনা মণিপুরী জগোয় রাস উবদা শুন্দুংখি।

কলাকার অসিনা চঙজরকপ ওজাশিংদি :— ওজা ৺নিত্যাইপাদ সনা, ওজ ৺কোজেংবম তোম্বাইমা, ওজা ৺নাংমাইথেম টাইগোম, ওজ ৺নাতুম শেনুংবা, ওজা ৺রবতী ঠাকুর, ওজ ৺খাংলেন শেলুংবা অসিনচিংবা মিংচৎ য়াম্বা লৈখিবা ওজাশিংনি। কলাকার অসিনা মরাক ঈশৈ অমদি গোষ্ঠী মমা শাবনচিংবা মথল শুনা শকক য়ারকই। অগাম রাসকী গোপী অমদি সূত্রধারীগী লমদন হুইদ্রোমগী ওজা ঝুলন মচ. শজেনবম ওঝা অঙোতোন, গুরু খোমদোন, গুরু অমুদোন শর্মা পদ্মশ্রী, মাইস্নাম গুরু অমুবী সিংহ পদ্মশ্রী, গুরু হাওবম নিংথৌবা, গুরু হাংবম তোম্বা, লাইশ্রম ওজা কুলবিধু, ওজাশিং অসিগী মিং শন্নবা য়াই। মথং অবকপা ওজান নিংথৌখোংগী ওজা প্রমোদ সিংহ, ভাইখোংগী ওজা মুবৈ, থিয়াম লাংপোক্লী ওজা সনজইস্না, নিঙোম্বম ওজ ... অসিনচিংবনি।

শ্রীমতি ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী খৃষ্টাব্দ ১৯৫৩ দগী হৌনা চহী ১৪ রোম চুপা শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়গী ঈশৈ ওজা ওইরম্মি। হৌজিক হৌ... মক গুণ লৈরবী কলাকার অসিনা লৈম্বিবা জগোয় অমসুং ঈশৈ চাউরবা পুক্কি অসিনা মায়কৈ অশোমদা চঙশিনলক্লিবা মী কয়া কয়া লমাজং মৈরা ওইনরি।

১৯৬০গী জানুয়ারীগী তাং ১৩দা মতিক চাউরবী কলাকার অসিবু মণিপুরী বিশ্বভারতীগী মাইকৈদগী স্বগ র অতে থাপু শন্য, গবেষনা, শিরোমণিনা মৈতৈ জগোয়গী পোইদোক হেন্দোকপী অমা ওইনা 'নৃত্যাচার্য' উপাধি পীবগা লোয়ননা সনাগী মেডল অমসু পীদুনা ইকাই খুম্নবখি।

অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলননা ১৯৬৫ ইং এপ্রিল তাং ৩০ দা কলাকার অসিবু "সঙ্গীতাচার্য্য" উপাধি পীখি।

অসিগুম্বী মতিক চাউরবী কলাকার অসিবু কুমশি চহীদা ভারত সরকারগী সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা মৈতৈ জগোয়গী ওইনা এওয়ার্দ পীদুনা সম্মান উৎপিখি।

---



শ্রীমতি ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী

# থোকচোম শ্রীফলেন্দ্র সিংহ

সগোলবন্দ মাইস্নাম নোংথোম্বম লৈকাই হৌজিক্কী মৈনা লৈরক হায়রগা খঙনবা মফমদা থোকচোম শ্রীফলেন্দ্র সিংহ সমা ৭ সেংক্কী লৈফমনি। 'থোকচোম মেম্বর' হায়রগা খ্ৱাইনা খঙনবা শ্রীথোকচোম তোমচৌ সিংহ সমাজ সেবক্কী অপোকপনি। অমসুং রাজকুমারী শ্রীমতি স্নাহলবী দেবীনা অপোকপীনি। ইং ১৯৬৮ নবেম্বর তাং ৭ তা অপোকপা লৈখিদে। সমাজ সেবক্কী পোকমিন্নবা মচিন-মনাও মরিনি।

লেখক অমা ওইনা ঃ—পুন্সিগী য়াম্না নৌরিঙৈগী মতমদগী হৌনা শৈরেং মচা-মচা ইবা হৌরকখি। মতুং কাইনথংদা মরী মতাশিংগী অহল-লমনশিংনা শীন-


থোকচোম শ্রীফলেন্দ্র সিংহ

বিদুনা মণিপুরগী খবর অমসুং চেফোংশিংদা শৈরেংশিং মথং-মথং ফোঙদোরকখি। মসিগা ঈরোযননা স স্বৃতি অমসুং ইতিহাসকি তাক্কক-শিংগা মরী লৈনবা মতাংশিংদা লৈনবা রারে অমসুং রারী-লিখুম্ব-চিংবা ফোঙদোকপা হৌরকখি অমসুং ওল ইণ্ডিয়া রেডিও ইম্ফালদা রা ঙাংখি।

অইবা লাইরিক ফোঙদোকপগী খোঙহৌদি খবা থিনখি। নীংশিং মৈরা, পুন্সি হায়ববু মসিরা অমসুং পাওমেল হায়বা লাইরিকশিং মথং মথং ফোঙখ্রে। ইং ১৯৬৫ অহানবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনগী কবিতা প্রতিযোগীতদা মকোক

ওইখি অমসুং শক্লাক-চে পীখি। ইং ১৯৬৭তা মণিপুর পুম্বগী শৈরেং লাইরিক্কী মকোক-মথং তানবদা সমাজ সেবক অসিগী "ঐগী হায়ববু মসি মঙাইরে" হায়বা শৈরেং লাইরিকনা খ্বাইদগী ফবা ওইদুনা গোল্ড মেডল ফংখি। অমসুং এম: রাই: সিং আর: এসোসিয়েশন্না হায়রিবা মতম ইং ১৯৬৭গী ওক্টোবর তাং ৮ দা সমাজ সেবক অসিবু 'গোল্ড মেডলিষ্ট' হায়না ইকায় খুম্নখি।

ইং ১৯৭২ দা মণিপুর সরকারনা মতেং পীদুনা সমাজ সেবক অসিগী 'মণিপুরী লোলগৈ (অশংবা শরুক)' ফোঙই। মসিগী মখা তাবদা 'মণিপুরী লোলগৈ (চউরাকপা শরুক)' ফোংনবা কন্না হোৎনরি। মসিগা লোয়ননা সমাজ সেবক অসিগী ফোঙবা ঙমদবা অতৈ লাইরিক কয়ামরমসু মথং মথং নমদুনা উবা ফংলক্লগনি।

সমাজ সেবী অমা ওইনা :—সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী হীরমদা তোঙান তোঙানবা সংস্থান কয়ামকমগী থবক থৌরম পাঙথোক-পদা মাঙজিন থাবা অমসুং থবক পাঙথোকপদা ঙসিদগী চহি ১১ গী মমাং অদুরাইদগী সমাজ সেবক থোকচোম শ্রীফলেন্দ্র সিংহ অচৌবা থৌদাং যাদুনা লাক্লি। থবক্তা হনবা অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপনা সমাজ সেবক অসিগী তোপ তোপ্পা মগুন অমনি।

ইম্ফালদা, সমাজ সেবক অসিনা লীঙ্খৎলম্বা সংস্থানশিং মুৎখিবা থরা য়াওরবসু, তোমথিন ওইনা থরদি মপুং ফানা মীয়াম্না মশক খঙনবা সংস্থান ওইদুনা লৈরি। ইম্ফালগী রাংমা অমসুং তাম্না লৈবা মণিপুরগী মফমশিংদা চৎ-চত্তুনা সংস্থানশিং নোনা লীঙ্খৎখি। অমসুং হাম্না লৈবম্বা মুৎলুরবা সংস্থান কয়াদা

থবক্কী থৌদাং লৌদুনা নৌনা ময়োল চোংহনখি। মাসুন্না সমাজ সেবী অমগী গুন চেনবা অসিদা ইং ১৯৬৭ তা মণিপুর এষ্ট্রোলোজিকেল সোসাইটীনা 'সমাজ সেবক' হায়বা মিংথোল পীদুনা ঊকায় খুম্নখি।

অপোকপনা লৈখিদ্রবা মতুং ইকুই কুইদনা কাছারনচিংবগী মৈতৈনা তাবা মফম-মফমশিংদা সাহিত্য-সংস্কৃতি অমসুং সংস্থান শিংগী ফিভমশিং য়েংবা অমদি নৈনবা চৎখি। লোয়ননা ইতিহাসকি মতমগী মরী লৈনবশিং থিজিনখি। অমসুং সংস্থান শেমগৎ-শাগৎপা য়াওরুই। মতুং তারকপদা, মণিপুরগী লোংচুপ চিদাইদা লৈবা জিরিবাম অমসুং টিপাইমুখতা কোইখি। ইতিহাসকি মতমদা, নৈদিঙ্ পামহৈবা হাক্তক্তা য়ুংলম্বা 'লমখৈ খঙনবা নুঙ' অতুগী য়ুংফম থিদুনা খঙদোকখি। অদুগী তুল্লক্লগা জিরিবামদা সংস্থানশিং শেমগৎ-শাগৎপা য়াওখি। লোয়নন সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান অমা নৌনা লীঙ্খৎতুনা অতৈ পান্দম্ফমগী থৌরমশিংগা লোয়ননা মণিপুর অমসুং কাছারনচিংবা মপান লমদা লৈবা যাত্রা কাঙলুপশিংগী যাত্রা ফেষ্টিভেল ই° ১৯৭১ দগী হৌনা চহি খুদিংগী পাঙথোকপদা মরু ওইবা মীশক অমা ওইরকখি।

চহি মঙারোম চংনা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী হীরমশিং-জিরিবামগী শক্তম অমা পুরক্লবা হোৎনখিবগুম, লমদম অসিদা খুৎশা হৈবগী অমসুং ললোন-ইতিক্কি সংস্থান লীঙ্খত্তুনা মীয়াম সেবদা কাম্নবা পুরক্লবা হোৎনখি।

ইং ১৯৬৯ দা বানারসীগি শ্রীশঙ্কর জ্যোতিষ সংঘ, কেন্দ্রীয় বিদ্যাপীঠনা 'সাহিত্য রত্ন' পীখ্রবা সমাজ সেবক থোকচো

শ্রীফগেন্দ্র সিংহ ইম্ফালদা কল্লকুনা সংস্থানশিংগী হাকথেংনবা থবক চংমিন্নবা মরুওইবা মীশক অমা ওইনা মীয়ামগী সেবা তৌরি। ওল মণিপুর যাত্রা এসোসিয়েশনগী অহানবা চেফোঙ 'শুমাং লিলা' অমসুং মণিপুর পুম্বগী শুমাং লিলা ফাংনবদা মরী লৈননা ফোঙবা 'স্মুভেনির' শিংগী ইডিতরনি। ৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনগী জোইণ্ট কনভেনর অমসুং ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগী থবক হোংনবা য়াওরি।

---

# শ্রীঅঙোম মঙ্গী সিংহ

শ্রীঅঙোম মঙ্গী সিংহ কাংচুপ রোড চকপা ফযেংদা পোকই। অপোকপগী মিং শ্রীঅঙোম চুড়া সিংহ, অপোকপীগী মিং দয়া দেবী কৌই।

মচিন মনাও মাপল পোকই। পিবা মঙা, নিঙোল মরিনি। হৌজিক পিবা অনি, নিঙোল অনি হিংলি। হৌজিক চহি ৫৪ শুরে। শিনকম লৌউ-শিংউবগী থবক তৌই।



শ্রীঅঙোম মঙ্গী সিংহ

চহি ১৭ শুবা মতমদা কোমোনি দেবীগা লোইননা লুহোংই। অঙাং ৭ পোকই। মুপা মরিনি অহুম লৈখিদ্রে, অমা হিংলি। মুপী অহুমগী মনুংদা অনি লৈরি অমা লৈখিদ্রে

চহি ৩৩ গুরুকপা মতমদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা খুঙ্গা হন্দ হাপখি। অতুগী মতুংদা ওকেন্দ্র মহারাজগী মা হাক্তুঙ্গা ৩ঙ অসিনা চহি ৪০ গুরুকপা মতমদা খুল্লাকপা হাপখি অমস্তু নি থৌগী মনাময়ুম ফংখি। শ্রীঅঙোম কমল সিংহদগী হৈথা লৈথা, হৈকৎ লৈকৎ চকপা ফায়েংগী হরাওবা অমদি চহি অমগী চৎনরিবা মথৌ মতম পুন্নমক তমই।

হৌজিক ফায়েং ফম্ন ইবা লাই কমিটিগী প্রেসিডেন্ট ওইনা থবক পুরি। কমিটি অসিনা চকপগী ওইবা কষ্টমগা মরী লৈনন স্কুল অমা চথরি। ১৯৭৫ ইংগী অহুম সুব অখিল মণিপু কলাকার সম্মেলনদ "অমাই হনবা" হায়বা উপাধি অসি পীখি প্রেসিডেন্ট অসিনা 'চকপরোল কৌব" চকপ কষ্টমগী লাইরিক অমা ফোংখি। চকপা খুঙ্গা তরেৎ পুননবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। ওজা অসি চকপা জাতিগী লুচিংবা অমনি।

---

## শ্রীগুরুময়ুম গৌরহরি শর্মা

আজ্ঞা অসি ময়াম্না "শিষ্য শাবা" হায়রগা থঙনৈ। ইং কুমজা ১৯০৮ গী সেপ্তেম্বর থাগী তারিখ ১৪ দা ইম্ফালদগী মাইল ১৩ লাপ্না ওইনাম হায়বা মফম অহুদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা শ্রীগুরুময়ুম ৺সনাজাও শর্মা অদুগা অপোকপীগী মমিংনা শ্রীলৈহাওথাবম নিংঙোল ৺য়াইমবী কোই। আজ্ঞাগী পাবুং পাবুং অসি মৈতৈ জগোই অমদি সংকীর্ত্তন ঈশৈ কয়াগী ওজা ওইরম্মী। নুংঙাই-য়াইফনা হৌরকপনা শ্রীগৌরহরি শর্মা অসিমু খোইদোক্না পাবুংগী ঈশৈ জগোইগী মমি তাখি।

শ্রীগৌরহরি শর্ম্মাবু মণিপুরদা শকখঙবা মীশক অমা ওই-হনখিবসি মমাংঙৈগী শুমাং লীলা থাউবৈ মখোং (সত্য চরিত) হায়রগম্ব খঙনবা অদুনি। ব্রাহ্মণগী শাগৈদা পোকলুবনা সংস্কৃত মমুৎতানা হৈ। লীলা-দগী পোথারবা তুংদা খোংজোম পর্ব্বগী শৈশক্তা আজ্ঞানা মহাভারতকী গন্ধারী কুন্তীনা লৈ-কৎপগী মতাং শকপদা থোইদোক্লা মতম অদুগী সমাজনা খঙনখিবা মীশক্নি। হৌ-জিক্কি আজ্ঞগী মরুওইবা



শ্রীগুরুময়ুম গৌরহরি শর্ম্মা

শিনকমদি নটসঙ্কীর্ত্তন শকপা অমদি খোংজোম পর্ব্ব শকপনি॥ শনশেনবা লীলাদা বালবাস্থ শাবা হায়বসি আজ্ঞাগী তোপ তোপ্পা মগুণনি।

শ্রীগৌরহরি শর্ম্মাগী পুন্সিদা অঙকপা থৌদোক অনিথক মীতৌ তম্বা অমদি মীবু শাউহন্দবা ঙম্বগী য়ারী অনিথক লৈ। থৌদোক অমনা মহারাজ শ্রীযুক্ত ৺চূড়াচান্দ সিংহনা পাল্লিঙৈদনি। নোংমা মণিপুরগী কোম্নুংদা সত্যচরিত লীলা শান্নখি। লীলা অদুদা আজ্ঞানা মৈতৈ পাঙল শাখি। আজ্ঞানা শারিবা পাঙল অহু মানমনবদগী শ্রীযুৎ মহারাজনা আজ্ঞাবু ইনথোকপগী য়াকম ফাউবা য়ৌখি। অতোপ্পা অমনা মুতুম ফিবৌ হায়বা খুল অদুদা আজ্ঞানা শন্দশেনবগী লীলা অমদা বালবস্থ শাখি। মুমিৎ অদুগী মুনিনা শ্রীতাঙোম যুগিন্দ্র সিংহ ওজানা শাখি।

খুল অদুগী অহল থরম্না বামন গৌরহরিশর্ম্মা অসি ফাগি তৌবদা কয়া য় ম্না হৈবগে হায়বা অহু য়েংলসি হায়না খম্নরগা আজ্ঞাদা হায়রকই— আজ্ঞা ! ঙসি মাঙব ময়াইদা মীয়াম্না মপুং-ফানা তিল্লকপা মতমদা "পৌগ্রাকপী" হায়বা ঙমগদ্রা ? আজ্ঞানা হায়গে হাযনা য়ারে।

সুমিৎ অদুগী লীলা অহু নুপী অমনা ঙাক্লম্মী। নুপী অদুদা "শৌগ্রাকপী" হ য়না কনা অমত্তনা কৌবা নত্রগা মাগী মমাংদা পনবা য়াদে। রাহৈ অদু পনবা নুপা নত্রগা নুপী অদুবু থাংজৌনা য়ানগদবগী হেক্তা তাম্নে।

অ.জ্ঞা মাঙব ময়াইদা বালবাসু শাহুনা চংখ্রে। মুনি শাবসু লৈরম্নে। মুনি অমসুং বালবাসু অনিদা খুদৈ অময়ম লীলা ঙাকগগী মীনা থাই। বালবসুনা খুদৈ অহু লেংবান্দগী লৌথোক্লগ চেপথ চেপথনা য়েংই। মাগী মতৌ অহু উবদা মুনিনা হ লকই শিষ্য নংনা ফি অদুদা অদুক মুন্না য়েংলিবা করিগীনো ? শিষ্য না খুম্মী—মুনিদেব ! ফি অসি অশাবা মী অদু কনা ওইরম্নগ-দগে ? হায়দুনা য়েংলিবনি। মুনিনা—নহাকপু ফি অদু যে শ গা অশাবা মী খঙবা ঙমগত্রনে ? শিষ্য— ননাই, ফি অস অশাবা মী অহু খঙলে, মসি নুপীনা শাবনি, মমিংবা 'শৌগ্রাক ' কৌই। মুনিনা—হায়হৈদেনে, শিষ্য। শিষ্যনা—ঐনা হৌজক হায়বা 'শৌগ্রাকপী' হায়বদুরা ? মখোয় অনিগী বাঙাং অদু তাবদা লীলা ঙাক্লিবী নুপীদু ফমফমদগী হৌগৎলকখি। সুমিং অদুগী তিল্লিবা মীয়াম অদুনা শোম্নখি 'বামন অসিবু ঙাউবত্র ? অদুবু আজ্ঞানা শৌগ্রাকপী হাযবা রাহৈ হম্না হম্না পনি তৌইনা পনমনবা অমদি আজ্ঞাগী ফাগিদুনা ফজমনখিবনা নুপী

অদু শাউবা ঙমখিদ্রে। শাউবগী মহুত্তা শেল ওইনা লুপা ১০০ থাখি।

আজ্ঞা অসি হৌজিক পাঙ্গল শোম্বরে। চহি ১ মপুং ফানা মৌন ব্রত তৌখি। আজ্ঞাগী মচাম্নুপা অমত্তা পোক্কে। ম্নপা অমত্তুং পোকই। হে জিক্তি ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা মতম চেল্লি। ১৯৭৬ ইংগী ৪শুবা অখিল মনিপুর কলাকার সংমেলন্দা হাস্যাচর্য্য হায়বা উপাধি পীখি।

---

## শ্রীগুরুময়ুম গৌরকিশ্বর

ইং ১৯৩৬ তা ইরিনবুং বাজার ইরিল তুরেলগী ময়াইথংবা মফমদা শ্রীগুরুময়ুম গৌরকিশ্বর শর্ম্মা পোকই। মহাক লৈখিদ্রবী অপোকপী শ্রীমতি ইবেমনী দেবীনা পাম্না তৌজরকপা থাং-তাগী কলা বিদ্যাদা মচাবু হৈস্লিংবদগী ওজা শ্রী অঙোম লৈবেন সিংহদা বোরিদুনা থাং-তা তমহনবা মথংদ শ্রীহিজম ইবোহল সিংহদা থাংলোন অমসুং খোশারোল তম্লকখি অমসুং মতম অদুগী মশক ওইবা ওজাশিংদা চহি কয়া চংনা তমখি।



শ্রীগুরুময়ুম গৌরকিশ্বর শর্ম্মা

শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা থৌগল তৌবা য়াওখি : অমসুং স্নাহাক্তক অসিদা থাং-তাগী কুম্মৈদা মকোক মথং তাবা তানবা থৌরম পাঙথোকখি। মদুদা শ্রীশর্ম্মাদনা ময়াম পুম্নমক্কী

চেম্পিয়োন ওইখি। অমসুং মহারাজ বোধচন্দ্রনা মনা ফি থামেন চৎপা পীবিখি। ই° ১৯৫৯ দা মুমজাও লাইব্রেরী হয়াওবা থৌগল ক°খি। চহি অসিমক্তদা গ্রাম সহায়গী ট্রেনিং য়াওরিঙৈ মনুংদা সরকারগী ওইবা কুম্মেগী থৌরম অমদা থাং-তাগী জগোয় উংখি। মতুংদা মণিপুরগী ডিভেলোপমেন্ট কমিশনরনা সার্টিফিকেট অমা পীখি।

ইং ১৯৬০ দা মণিপুরগী ওইনা ডিপু অমসুং পাটনাদা থাখি অমসুং মফম অতুদা শ্রীশর্ম্মাবু থাং-তাগী গুরু ওইনা লৈবিনবা থামখি। অতুবু শ্রীশর্ম্মানা য়াবা তৌদনা হন্নকখি অমসুং ডি হয়েল লালওং মণিপুর থাং-তা কলচরেল এসোসিয়েশন কৌবা সংস্থান অমা শেমগ°খি। হায়রিবা সংস্থান অসি মণিপুর সরকারনা মশক খঙবিদুনা গ্রাণ্টনচি°বসু পীরি। মতু°, ইং ১৯৫৬ তা লাইক্লোক চৌংদা কৈ অমা হিংনা ফাদুনা কৈরাও প্রজাশিংগী খ্দোংথীবদগী কনখি অমসুং কৈ অদু ময়ুমদা মতম কুইনা য়োকখি। ইং ১৯৬২ দা খ°মৈবন্দ কাইবিরোল লম্পাক্তা কাইবিরোলগী থা অমরোম চুপ্পা ফমখিবা মীকমদা য়াওখি অমসুং থৌদাং য়াখি।

ইং ১৯৬৮ দা থো°জু কেন্দ্রদা ব্লোক কংগ্রেস কমিটিগী ইউনিত মেম্বর ওইখি অমসুং একজিকিউটিভ কমিটিদ য়াওদুনা ট্রেজররগী থবক পুখি। মতুংদা ডিঃ সিঃ সিঃ গী মেম্বর ওইখি। ই° ১৯৬৯ দা মণিপুর স্পোর্ট কলচরেল সিট য়াওখি অমসুং সার্টিফিকেট ফংখি। মতুং ইং ১৯৭০ দা ওল পার্টিদা ষ্টেটহুদ দিমাণ্ড কোওরদিনেটিং বোর্দদা য়াওদুনা মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংনবা হোৎনবদা ডিপুটি লিদর ওইনা আন্দোলন চংখি অমসুং পলেন জেলদা মুমিৎ হুম্নি লৈখি। জেলদগী থোরক্লবা মতুংদা কৈরাও

কেন্দ্র কংগ্রেস কমিটিগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখি। লোয়ননা বালবাদি স্কুলশিং লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি।

ইং ১৯৭২ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শিল্লাংবা থাংতাগী থৌরমদা শ্রীশর্ম্মাস্ন শরুক য়াখি অমসুং মশামক্না ষ্টেজনচিংবা পানখৎপনা মকওইবা মীশক ওইখি। মসিগী মতুংদা মণিপুরগী চীংগী লমদমশিংদা চীংতমগী লৈনবা মরী যিজিনহনজিনখি। ইং ১৯৭৪ দা কৈবাও পান্থোইবী চাইল্ড বেল ফিয়ার সেণ্টরগী প্রসিডেণ্ট অমসুং কৈবাও বিত্র হেণ্ড পাও ন্দং কোপরেটিভ সোসাইটিগী সেক্রেটরী ওইনসু থবক পুখি। শ্রীশর্ম্মা অসি কলাকার অমা ওইনা রাজনীতিগী লমদমদা থোংদাবা মীওই অমনি।

৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা এসোসিয়েশন্না শ্রীশর্ম্মাবু ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা ‘হুয়েন-লাঙং থৌবা’ হায়বা উপাধি অসি পীখি।

# গুরুঅরিবম বলদেব শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর গুরুঅরিবম লৈকাইদা শ্রীগুরুঅরিবম বলদেব শর্ম্মা ইং ১৯২১ শজিবু পুর্ণিমা ঈয়াই হুমিংতা পোকই। অপোকপগী মিং শ্রীতোম্ব শর্ম্মা অমসুং অপোকপীগী মিং শ্রীমতি মধুমতি দেবী কৌই।

মতম খরা স্কুলগী লাইরিক তমতোই। মতুংদা সংস্কৃত তমখি। মাসুম্না হৌরকপা পুস্তিগী ঈচেলদা কলাবু হেন্না পামজরকখি। গুরু শ্রী৺শান্তিকেশ্বর অমসুং গুরু ৺অমুদোন শর্ম্মা পদ্মশ্রী চনদি শান্তিনিকেতনদা লৈরম্বা শ্রী নীলচৌ শর্ম্মদা কলাগী মচাকশিং খঙজিন্নবা তমখি।



গুরুঅরিবম বলদেব শর্ম্মা

মতম খরা গুরু ৺শান্তিকেশ্বরগা লোয়ননা জগোয় কয়া উৎপা য়াওরুরবা মতুংদা কলাকার অসিনা লুচিংবা কাওলুপ অমা শেমগৎতুনা কলাগী অয়াম্বা মথলশিং নিংথিনা উৎখি, অমসুং মীনা শক খঙব কলাকার অমা ওইরকখি। কলাকার অসিগী মীয়াম্না খৌরাংনা পায়ব গুণ অদুগী মওন্না সংস্থান কয়াদগী তেংবাংশো উৎপিনবা লাকখি, অমসুং কলাবু হেন্না ফগৎপা ফিভমদা পুরকপা পামজবগা লোয়ননা সংস্থানশিংগী শেল থুমগী ফিভম ফগৎহনবদা মতেং পাংদুনা হিংবা ঙমহৌনবা সংস্থানশিংগী তেংবাংশো কয়া উৎপীখি।

শ্রীককচীংতাবম য়াইমচৌবা খোংমন, অরিবম গৌরহরি শর্ম্মা, অধিকারীময়ুম মণি শর্ম্মা (পাঙ্গী), গুরু তরঙ্গ সিংহ, অমসুং রাজ মাত্র শ্রীলাওবম ইবোতোম্বী সিংহ হায়রিবা ওজাশিং অসিগী মফমদগী থাং-তাগী ওইবা যুদ্ধবিদ্যানগী জগোয় মচাকশিংসু তমখি।

কলাকার অমা ওইনা সমাজ সেবাগী লমদম্ থুৎমাং চাউশিন্নবা থবক কয়াংকম পায়থৎপা য়াওখি, অমসুং অঙবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি। মহিষাসুর বধ, রাময়ণ সীতাহরন্, চিত্রাঙ্গদানচিংবা ইং ১৯৪৮ দগী মথং মথং রূপমহল অমসুং পেরেড'ইজ হোল ( বাংথৈ ) নচিংবা মফমশিংদা উৎতুনা সংস্থানশিংগী মতেং পাংখি, অমসুং কলাকার অসিগী মথল-মখেল নাইরবা কলাবিদ্যাশিং মীয়ামদ' উহনবগা লে য়ননা শন্দোকখি।

কলিকাতদা মতম থরা জগোয়গী ওজা ওইরিবৈদা, ভারতীয় নৃত্য কলা কৌবা জগোয়গী সংস্থান অমদা মদ্রাজগী হৈর-খঙলব গুরু গোপাল পিলাইদা চহি মরি চুপ্প কথাকলীনচিংব দক্ষিন ভারতকী জগোয়শিং তমখি। মতুং ইং ১৯৫২ দা, ইম্ফালদ ৺চন্দ্রজু্ন বীব টি'কেন্দ্রজিৎ পা'কতা পাংথোকপা গান্ধি মেলাদা শকক য়াবা য়াওখি।

ইং ১৯৫৭ তা জানষ্টোন স্কুলগী হোলদা পাংথোকপা স্বাধিনতা সঙ্গমগী উপলক্ষ্যদা কলাকার অসিগী ডান্স ড্রামা 'বীর পাওন (খেংজোম লান)' উৎখি। মসিগী মথং ইং ১৯৫৪ দা ইন্ডিয়ান পিপলস থিয়েটর এসে সিয়েশন্না মদ্রাজদা পাংথোকখিবা ডান্স অমসুং ড্রামা ফেস্টিভলদা মণিপুরদগী কলাকার অসিনা লুচিংজুনা কাঙলুপ অমা শকক য়াবা য়াওরুই। হায়রিবা থোঙচৎ অসিদগী হৌনা ইন্ডিয়ান পিপলস থিয়েটর এসোসিয়েশনগা নকশিন্নবা মরী থম্বা হৌরকখি অমসুং এসোসিয়েশন অসিগী চাউথৎনবা অমদি শাখাশিং শেমগৎ-শাগৎপদ মণিপুরদগী নেতা ৺ইরাবত সিংহ, আসামদগী হেমাঙ্গবিশ্বস, বিষ্ণুবাভা, কলিকাতদগী শান্তিবধন, মদ্রাজদগী সুব্রমনিয়ম ( ফিলম ডাইরেক্টর ) অমসুং বোম্বেদগী লৈখিত্রব ফিলম স্টার বলরাজসনীনচিংবগী লমজিং মথাদা থবক হোৎ নবা য়াওরকখি, অমসুং এক্সিভ মেম্বর অম ওইখি। হায়রিবা ভারত পুম্বগী ওইব সংস্থান অসিগী মণিপুর শাখাগী সেক্রেটরী ওইনা থবক মতম শাংনা পুখি।

ইং ১৯৫৮ দা বিঃ এঃ বিঃ এলঃ ফিলম প্রোডক্সনগী প্রোদ্যুসর অমসুং ডাইরেক্টর শ্রীকেঃ সুব্রমনিয়মগী ফিলমদা থাংগী জগোয় অমসু' তাণ্ডব জগোয় য়াওনবগীদমক চৎলুই। মতুদা মদ্রাজগী সুকুজ দেবীগা

জগোর তান্নখি। মতু'দা ফিলম প্রোডুসর অমসুং ডাইরেক্টর অসিগী মচানুপী পদ্ম দেবীদা জগোর তম্বিরন্নগা মণিপুরদা অমুক হন্নকখি।

মণিপুরদা লৈবা সংস্থান খরদা হিংবা ওন্নবা মতেং পীবগা লোয়ননা কলাবিদ্যা পামজবা মীওইশিংদা জগোর তম্বি-তম্বিনা মপানগী সংস্থানশিংগা লৈনবা মরীদা চে-চৎনবা লেপ্পদে। লোয়ননা, ইন্দিয়ান পিপলস থিয়েটর এসোসিয়েশনগা অচেৎপা মরী মতম শাংনদগী লৈনরকপা অড় হেন্না মরা চেৎশিন্নখি, অমসুং বিশার, গৌহাটিনচিংবা ভারতকী মফম অতৈশিংদা মণিপুরদগী জগোর কাওলুপ পুত্না, লৃচিংদুনা চৎখি।

মতুশিং অদুগী মরমদা অমসুং কলাকার অসিগী মরমদা থাগৎদুনা মপানগী খবর কয়া অমসুং মণিপুরগী খবরশিংদা ইনরকখি, অমসুং ইং ১৯৫৬ তা "নটরাজ" হায়বা উপাধি পীদুনা ব্রহ্ম সভানা ইকায় খুম্নবা উৎখি। ৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা এসোসিয়েশন্না "নৃত্যাচার্য্য" হায়বা উপাধি পীখি।

---

# শিজবী দেবী

শ্রীমতি শিজবী দেবীগী অপোকপী মিং শ্রীমোংথোবম ৺ভোম্বা সিংহ, অপোকপীগী মিং ৺চাউবী দেবী কৌই। চহিং কোম্লেংবম লৈকাইদা পোক্নরম লমনি। মশাগী চহি ১৬ চংলকপা মতমদা শ্রীযুক্ত মোইরাং-থেম অহোংজাওদা লুহোংই; মশাগী চহি ৯ শুরকপা মতমদগী মাইবী চওই। শ্রীমতিগী মচা নুপা ৩ নুপী ২ মচা মওা পোকই। মচা নুপা অহলগী মিং ৺বীরচন্দ্র অমসুং অতোম্বগী মিং মণি সিংহ কৌই। মচা নুপী অহলগী মিং নুপীমচা দেবী অমসুং এক।শিনি দেবীনা অতোম্বীনি। হৌজিক শ্রীমতিনা পোকপা মচা মরি তেক্তা কায়দনা লৈরি।

মমা গুরু:— শ্রীমতিগী মমা' গুরুদি চুংথাম ৺খুমন দেবী শংলাকপিনি। চহি ১৫ শুবকপা মতমদগী প্রজাগী সেবা তৌরকই। মশাগী চহি ২৪ শুরকপদা মাইবী লোইশঙগী হঞবী ওই। চহি ৩০ রোম শুরকপদা মাইবী শংলাকপী ওই।

মচা সেবক:— শ্রীমতিগী মচা সেবক, মথং মন ও নাইনা মখাদা ইজরি। (১) শ্রীমতি মুক্তাহল দেবী কোদোমপোকপী (২) শ্রী ঙাংবম কুমার সিংহ, শীংজমৈ (৩)শ্রীমতি ইবমঙল দেবী, ককচিং (৪) শ্রীমতি ললিতা দেবী, খোংজু (৫ শ্রীমতি মানবী দেবী, যুম্নাম খুনৌ। (৬) শ্রীমতি মাইপাকপী দেবী, হিয়াংথাং। (৭ শ্রী গুলাম-



শিজবী দেবী

জাং সিংহ, কোকচাই (৮) শ্রীনন্দকিশোর সিংহ, রাবগাই। (৯) শ্রীমতি জাঙ্কো দেবী, লাইমনাই (১০) শ্রীমতি কুলবতি দেবী, লাইমনাই। (১১) শ্রীযুক্ত তোম্বা সিংহ খুমন বস্তি। (১২) শ্রীমতি থম্বালনৈ দেবী, ইবেংবম। (১৩) শ্রীমতি ইবেম-হল দেবী, ককচিং (১৪) শ্রীযুক্ত শ্যামচাঁদ সিংহ, রাবগাই। (১৫) শ্রীযুক্ত মাইপাকচাও সিংহ রাবগাই কৈরক (১৬) শ্রীযুক্ত মাইপাকচাও সিংহ, ককচিং (১৭) শ্রীমতি চোনবী দেবী, নারেংকোঞ্জিন (১৮) শ্রীমতি কুমুদিনী দেবী, ক্যামগৈ (১৯) শ্রীমতি তেনবী দেবী, হিয়াংথাং (২০)শ্রীমতি সোম্বী দেবী, চজিং (২১) শ্রীমতি ফান্দেং দেবী, হাওরৈবী (২২) শ্রীমতি কৈস্থা দেবী, চজিং (২৩) শ্রীমতি খোইমু দেবী, লৈমপোকপম (২৪) শ্রীমতি লৈমতোন দেবী, ওইনাম অসিনচিংবনি। শ্রীমতি শিজবী দেবীগী মচা সেবক ৩০ লৈ, ১০ অমদি লৈখিরে।

মনা মথুম ফংখিবা:— সার ৺চুরাচাঁদ সিংহগী মনা 'হাজক্তা কুরা পানাগী মাইবী হঞবী অমা ওইনা হাপখি। মা হাজক্তা অসিদা রেশম ফুরিৎ, লমথাং থুংহৎনচিংবা ফংখি।

মহারাজ ৺বোধচন্দ্রগী মা হাকক্তা অতৈ অতোপ্পা মনা মথুম কয়া-মুকস্থ ফংখি। লাই ঈশিং চাইবীদা শামু তোংহুনা লাইগী থৌগল তৌখি। মা হাকক অসিদা পানা মরিগী মথক্তা শংলাকপী ওই-খি। মুপী মাইবীশিংগী ময়ক্তা শ্রীমতি নম্ভনা অতৈ কনাগুম্বী অমত্তনা শংলাকপী ওইখিদে।

শ্রীমতি মণিপুরগী অথোইবী মাইবীশিংগী মমুংদা অমনি। অগোর খুংথেক ফজবা অমদি লাইশোন-তিনশোন চঙ্থোনবগীদমক্তা ককচিং অমদি চক্লিংগী লাই কমিটিশিংনা মেডল (লুপাগী) পীখি, মহারাজ ওকেন্দ্রগী মা হাকক্তা গুমুনা উশিল শিনখি। শ্রীমতি নম্ভনা হাযরিবা উশিল অসি হৈবা (মাগী মতমগী মাইবীশিংদা) য়াওখিদে। শ্রীমতি অসি ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটি, উরিপোক নাওরেম খোং রেজিষ্টার নম্বর ১০৪৪ দা লুপা ২০০/- (চনি) দান তৌদুনা লাইফ মেম্বর ওইখি। মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এ্যাসোসিয়েশন উরিপোক নাওরেম খোং ইম্ফালগীস্থ মেম্বর অমনি। শ্রীমতিগী মীথোই-মীহেনবা গুণবু শিংথানবা ওইনা ওগুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা মাইবী মরক্তগী অথোইবী-অহেনবীনি হায়দুনা "থাবী হঞ্জবী" হায়বা মিংথোল অসি পীখি। হৌজিক শ্রীমতিগী মশাগী চহি ৮১ য়োম শুরে। হকচাং ফনা লৈরি। সমাজগী সেবা নিংথিনা তৌরি।

# ইবোতোন শর্মা

শ্রীকুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্মা খৃষ্টাব্দ ১৯২২ ফেব্রুয়ারী তারিখ ৯ শগোলশেনলগী অহিংদা পোকই। অপোকপগী মিং ৺রাধামোহন শর্মা অপোকপীগী মিং ৺অঙোবী কোই। অপোকপনা ১৯৪৩ ইংদা অদুগা অপোকপীনা ১৯৭৫ ইংদা সংসার লীলা থাদোকখি।

শিক্ষাঃ—ইয়োর হাই-স্কুল (ভোগ্বীশ্না) দা সংস্কৃত মধ্য ফাওবা তমখি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওদা লাইরিক তম্বা তোকখি।

শিনফমঃ— ফিজেং লৈতেং, য়েকপা মূর্ত্তি শাবা লোন, খোংপনচিংবা অসিনা শর্ম্মাজীগী শিন-ফমনি। শিনফম অসিগী আদি গুরুদি শর্ম্মাজীগী অপোকপনি। শিনফম অসিমক শর্ম্মাজীগীদি পৈত্রিক সম্পত্তি ওইদুনা লাক্লবনি। শিনফম অসিগা মরী লৈননা মণিপুরগী লমদম কয়ামরুমদা চংলবা মীশক্তি।



ইবোতোন শর্ম্মা

সমাজ সেবা :— ১৯৫৪ ইংদা এরিয়ান থিয়েটরদা য়াওবা হৌখি। মথংদা ড্রেস মেনেজর অমা ওইনা থবক পুবা হৌখি। নৃত্যাশ্রমচিংবা লিংথংখি। জগোয়গী ভাব রসনচিংবগী মরমদা য়াম্ন কুপ্না থিজিনবা হৌখি। চংনবী পাথাপ কায়দনা য়াম্না থুনা পোৎলোই শেংনবা নাগুনা কয়া পুথোকখি। গোবিন্দজীগী ফিজেং লৈতেং থোগলগীদমক্তা শ্রীশর্ম্মাজীবু

হারাজ বোধচন্দ্রনা ১৯৫২ ইংদা ভূষণ অধিকারী ওইনা হাপখি। ভারত সরকারনা ১৯৫৪ ইংদা নৃত্যাশ্রম পার্টিদগী শর্ম্মাজীবু ফিজেৎ লৈতেংগীদমক্তা খল্লুনা ইউরোপ্তা থাখি।

১৯৭৪ ইংদা "মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং" হায়বা লাইরিক অমা ইভুনা মশামক্তা ফোংগ্রে। মণিপুরদা হিরমসিদা ইবা অহানবা লাইরিক অমনি। শ্রীশর্ম্মাগী হৈশিংবা, মতৌবু শকখংবা ওইনা রিসর্চ এসোসিয়েশন্না ১৯৭৬ ইং ওশুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা "শিল্পকলা বিশারদ" হায়বা উপাধি পীখি।

---

## শ্রীগোকুলানন্দ শর্ম্মা

শকাব্দ ১৮৪৫ মাঘ ত্রয়োদশীগী মুমিৎ তাবা মতম চপ চানা শ্রীহজারীময়ুম গোকুলানন্দ শর্ম্মা পোকই। পোক্লফম লমদমদি থাংই লাগ মপালদনি। অপোকপা মিং ৺গৌরহরি শর্ম্মা, অপোকপীগী মিং ইবেমহল দেবী কৌই। শর্ম্মানা চহি ১৭ শুরকপা মতমদা অপোকপা লৈখিত্রে।



শ্রীগোকুলানন্দ শর্ম্মা

শিক্ষা :— উরিপোক হিন্দী স্কুলদা হিন্দী তম্বা হৌখি। শোক ১৯৫০ দা কোবিদ, পরিক্ষা পাস তৌখ। কোবিদ পাস তৌরগা তম্বা ওইনা অতাংশিং ওৎবা হৌখি। মসিগা লোইননা মৈতৈলোন্দা কবিতামচিংবা ইবা হৌখি। শোক ১৯৫৭ তা রাষ্ট্রভাষা রত্ন পাস তৌখি।

১৯৫৯ ইংদা গভর্ণমেন্ট বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিটিউট কাঞ্চীপুরদগী ওজা ওইনা থবক তৌবা হৌখি।

লেখক :—শর্ম্মাজীনা শকথং শৈরেং হায়না কৌবা লাইরিক অমা ১৯৫২ জুলাই থাদা ফোংখি। অসিগী মতুংদা তোংত্রম শীতচন্দ্র সিংহনা ইচা শ্রীমতি লিকলি হায়বা অমা শর্ম্মানা "মিস বোটল" হায়না মমিং থোন্দুনা হিন্দীদা অনুবাদ তৌখি। শ্রীমতি বিমলা রায়না দেবীনা ইবা সবেরা হায়না কৌবা নাটক অমসু শর্ম্মনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকখি।

শর্ম্মাজীনা গভর্ণমেন্টকী ওজা ওইনা লৈদুনা হিন্দী প্রচার তৌবদা নিংবা থুংদবা কয়া থোকখি। মবম অদুনা হিন্দী প্রচারগী থবক্তা কেমা লুই থন্দুনা সরকারগী থবক থাদোকখি অমসুং ১৯৬০ জুন তারিখ ১৫দা রাংথৈ রাষ্ট্রভাষা মহাবিদ্যালয় লিংখৎখি।

রাংথৈ মহাবিদ্যালয়গী সেক্রেটরী অমসুং প্রধানাচার্য্য অমা ওইনা রাষ্ট্রভাষাগী সেবা তৌরি। হৌজিক মণিপুরগী মপুংদা অমত্তা ওইরবা রাংথৈ মহ বিদ্যালয়নি।

আকাশবানী ইম্ফালদা রামচরিত মানস মৈতৈলোন্দা হন্দোকতুনা তাং ৪-৫-১৯৭৩ ইংদা ফোংদোকখরে। তাং ৯-৬-৭৫ ইংদা শন্দ্রেম্বী চায়শ্রা হিন্দীদা হন্দোক্তুনা ফোংদোকখরে।

কলিকত বিশ্ববিদ্যালয়দা তাং ২৪-১২-৭৫ ইংদগী তাং ৩০-১২-৭৫ ইং ফাওবা (সুমিৎ তরেৎনি) শিক্ষা তথা সমাজ কল্যান মন্ত্রালয়না শিনবা হিন্দীনা সমারোহ ওইদবা অহৈবশিংগী হিন্দী সেমিনারদা শিন্দম ফংলুরে। শ্রীশর্ম্মাগী মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা রাষ্ট্রভাষাগী সেবা তৌবা অসিদা এসোসিয়েশনমা পেল্লতুনা ১৯৭৬ ইংগী ৪সুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা 'রাষ্ট্রভাষা সেবা রত্ন' হায়বা উপাধি পীখি।

---

# শ্রীনিংথৌজম তোম্বী সিংহ

শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চূড়াচাঁদ সিংহ, কে: সি: এস: আই:, সি: বি: ই: গী পোক্পফম লম্বদম কৈশামথোং স্ন জন্মস্থান্দা শ্রীনিংথৌজম ওজ তোম্বী সিংহ ইং ১৯১৫ দা পোকই। অপোকপগী মিং ৺শ্রীমুক্তা সিংহ অমসুং অপোক-পীগী মিং শ্রীমতি ৺অমুবী দেবী কৌই।



শ্রীনিংথৌজম তোম্বী সিংহ

শ্রীযুৎ চূড়াচাঁদ সিংহ মহা-রাজগী পোকপা মুমিং নিং-শিংবা ওইনা চহি খুদিংগী হায়-রিবা মফম অসিদা ড্রামানাচংবা কুম্মৈশিং পাংথোকলমই। মহু উরুবদগী ওজাগী পুক্লিংদা ড্রামাগী কলাবু পামজবা পোকই। হায়রিবা মতম অসি ওজাগী চহি তরামঙারোম শুবগী মতাং অদুরাইদনি। পুক্লিং-হকচাং ৺প্রা পামজবনা ড্রামাগী কাঙবু মরক্তা চংহুনা থবক নোম্ব-লিকপা য়াও রমই অমসুং ড্রামাগী কলাবু মশক খঙজিনবা হৌরকই ওজাগী পুক্লিং লুপ্পা মতৌ অদুদা ময়াম্না খুদোংচাবা পীনবা হোৎনবড়িনা শ্রীসি: আইচ: ময়ূরধজ সিংহনা ডাইরেক্সন পীবা 'অভিমন্যু বধ' দা য়াম্না ল য়বা ব্রজ' হায়বা শক্তম অমা শাহনখি অমসুং পুি থৌগৎপা ওইনা মতুংগী ড্রামাশিংদা মরুওইবা অমসুং অর যব শক্তমশিংদা শক্তম লাংবা য়াওহুনা লাকখি।

শ্রীনিংথৌজম তোম্বী সিংহ

ই° ১৯৪৫ দা ওজাগী গৃহস্থাশ্রমদা খোঙদাবা চহি অসি মক্তদা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্দা কলাকার অমা ওইনা চংখি অমসুং থাংয়ংবগী মরু ওইবা মীশক অমা ওইবা হৌরকপগা লোয়ননা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী মচং ওইবা কলাকার অমসুং ষ্টেজ মেনেজরনচিংবা মথং মথং ওইদুনা পুক্নিং-হকচাং লুনা পামজবা কলাবিদ্যাগী শিনফমদা অচেৎপা খোঙদাফম ওইরকখি। 'ময়া সংসার' ড্রামাদা মীনাই অমগী শক্তম শাবদা 'শিলভর মেডল' অমা ফংখি ইং ১৯৫৪ দা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না নিউ দিল্লীদা পাংথোকখিবা 'ডি নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিভেল'দা মণিপুরগী মচুংদিন্দুনা শরুক য়াবা য়াওখি। মদুদা কোক কেটেগোরিগী বেষ্ট প্লে' কাওরং লৈশং শাফবী'না ফংলকখি; হায়রিবা ড্রামা অসিদা ওজানা মরু ওইবা 'তাবুং নিংথৌ'গী শক্তম শাখি।

ইং ১৯৫৫ দা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী ডাইরেক্টর স্বর্গীয় সোরোকখাইবম ললিত সিংহনা লৈখিত্রবদা ওজানা ডাইরেক্টরগী থবক পুদুনা তোঙান তোঙানবা ড্রামা কুন্থ্রাদগী তাদনা নীংখিনা পুথোকপা ঙমখি। ইং ১৯৬১ দা মণিপুরগী চীফ কমিশনর শ্রীজে:এম: রায়না-না 'মখোয়সু মীনি' হায়বা ড্রামাগী ডাইরেকসন্দা পেনবিরদুনা 'শিলভর মেডল' অমা ওজাদা পীবিখি।

ইং ১৯৬২ দা ওজানা ডাইরেক্সন পীবা 'আলেকজেণ্ডর'না অল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেলদা বেষ্ট প্লে ফংখি। ইং ১৯৫৮ দা গৌহাটিদা ফমখিবা অল ইন্দিয়া কংগ্রেস কমিটিগী মীফমদা উৎনবা মণিপুরগী ওইনা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী 'ফেগে লমজা' থনখি। হায়রিবা ড্রামা অসি ওজানা ডাইরেক্সন পীখি।

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন নত্তবা অতোপ অতোপ্পা সংস্থান-শিংদা ফোংলবা অমসুং ঐতিহাসিক ড্রামাগী ডাইরেক্টর ওইখি। ইং ১৯৫৮ দা ডি ওল মণিপুর কলচরেল এসোসিয়েশন অমসুং ডি নাটা সঙ্গীত সংঘনা 'ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেল'দা পুথোক-খিবা 'হেজুনহা' ( ফোক ) অমসুং 'যুলিসিজর' ( হিস্তোরিকেল ) দা ওজানা বেষ্ট ডাইরেক্টর ফ খি। ইং ১৯৬৯ দা পব্লিক থিয়েটরগী 'পিদোম্ন' ( দোলদ ) অমসুং ডি নাট্য সঙ্গীত সংঘগী 'চহি তরেৎ কুন্তাকপা' দা বেষ্ট ডাইরেক্টর ফংখি। ইং ১৯৭০ দা মণিপুর সেক্রেটরীয়েট ক্লবকী 'থম্বালম্ন' অমসুং ইং ১৯৭১ দা শ্রীথোকচোম ফলেন্দ্র সিংহনা মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভাগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইরিঙৈদা পুথোকখিবা 'বলিদান' (হিস্তোরিকেল) দা মথং মথং বেষ্ট ডাইরেক্টর ফংখি। মসি নত্তবা অতৈ কয়ামরুমসু লৈরি।

হৌজিক ফাওবগী ওজাগী পুন্সিদা ড্রামাদা চাম্না শুপ্পা অহুমগী মথক্তা খোংদাখি অমসুং ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালগী মশক নাইবা কলাকার অমসু ওইখি।

হৌজিক ওজাগী চহি য়াঙ্খৈতরেৎ শুয়ে। চহি নিফুনিথোই চুপ্পা ড্রামাদা খোংদারক্লনা, মণিপুরী ড্রামাগী চাউখৎপা পুরক্লবা অচোবা থৌদাং লৌরি। মণিপুরদা ড্রামাগী ডাইরেক্সন পীবা অমসুং একটিং তম্বিবদা অথম্নবা ওজা অমা হায়রুনা খিবা তারবদি, ওজাদা হেক্তা তাই। হন্দক ভোপালদা পাংথোকপা চশুবা ওল ইন্দিয়া সার্ভিস ড্রামা কম্পিটিশন ১৯৭৬ ইংদা মকোক তাখিবা মণিপুর সেক্রেটরীয়েটকী 'মাঙঙ্বরবা মণি' ওজানা ডাইরেক্সন পীখি।

৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন ১৯৭৬ ইংদা এসোসিয়েশন্না ইকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা 'নাট্য বিশারদ' হায়বা উপাধি অসি ওজাদা পীখি।

---

# শ্রীলাইময়ুম রাজবাপু শর্ম্মা

শ্রীলাইময়ুম রাজবাপু শর্ম্মা ইং শাক ১৯০৩ জানুৱারিগী তাং ১৪ শগোলশেন সুমিত্তা নিংথৌখোংগী গোপীনাথ মন্দিরগী অৱাং থংবদা লৈবা য়ুমদা পোকই। মাগী অপোকপীগী মিংনা লাইময়ুম ৺ইবুংঙোমচা কৌই, অপোকপীগী মিংনা মঞ্জুরি কৌই। র'জ-বাপু শর্ম্মা অঙাং ওইরিঙৈদগী খোই-দোক্না শান্নবা জগোয় ঈশৈদা মথৱাই য়াওরকই। মশাগী চহি ৭৯ শুরকপদা ইম্ফালদা লৈবা থ্বাই ব্রহ্মপুরদা উরি-পোকত। মপাগী অশেংবা য়ুম হোংগৎ-লকই। য়ায়া নৌনা মশাগী চহি ২২



শ্রীলাইময়ুম রাজবাপু শর্ম্মা

দা লুপোংই। লোয়নবীগী মিংনা ইবেমপিশক কৌই। রাজবাপু মচা নিপা ৮ অমুগা মচা নুপী ৫ পোহই। মশাগী চহি ১৬ শুরকপদা চুরাচান্দ মহারাজ থনবা হৌই। চহি কয়া কয়া মহারাজগী হিয়ম থৌদোক কয়াদা শরুক য়ারকই। চুরাচান্দ মহারাজগী মচা ইবুংঙো বোধচন্দ্রগা লোয়ননা অৱা মুংঙাই মতম কয়া অমসুং লেপ্পকই। নিংথৌ শেন্দা য়াওই হায়বগীদমক মচা ইবুংঙো বোধচন্দ্রগা লোয়নবা কাশিদা চহি অহুম জিলা থাম্বিস ভৌথি।

শ্রীলাইময়ুম রাজবাপু শর্ম্মা, মশাগী চহি ১৫ রোম শুরকপদা থাংঙেনবম থবলিদা বাশি খোংবা তমই। য়ায়া নৌবা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী থৌগল ভৌবা (রাজবাপুনা) অহানবনি। মণিপুর জগোয় রাস অমসুং থৌদোক কয়াদা বাশি খোংথি। মাইস্রাম অমুবীনা মুচিংহুনা মণিপুরগী জগোয় রাস ঈহান হানবা ওইনা কলকাতাগী কাই গেথর স্টেজ লো উংথি। সো অসি রাজবাপু শর্ম্মাসু অচৌবা থৌদাং কয়া লৌথি।

শ্রীরাজবাপু শর্মা ভগোর ঈশৈদা নত্তনা বোধচন্দ্রনা মহারাজ ওইরকপদা মণিপুরগী লৈবাক রাষ্ট্রেল খোদাং কয়াম্তু যাওখি। মা ফাবা শিকার থোইদোক্লা হৈ শিংই। মোংমৈনচিংবা কাপ্পদস্তু মীনা মীশক থংবিখি।

রাজবাপু শর্মানা মীওই ৫ হেক্লা বাশি তমবিখি। পেবম অপাবী শিংক মঙা অসিগী মরক্তা অমনি। মহাক হৌজিক হৌজিক গোবিন্দগী থৌগল তৌরি।

ইংশোক ১৯৫৫-৫৬ তা বোম্বেদা চৎতুনা সবিতা মেতাবু চহি কয়া লোয়নদুনা ভগোর ঈশৈ অমসুং বাঁশিনচিংবা তম্বীয়কই। রাজবাপু শর্মা বোম্বেদা চহি কয়া লৈরকই।

শ্রীরাজবাপু শর্মা ভারতকী মফম পুম্নমক্তা চৎতুনা অকাওবা কয়াগী মরক্তা তিল্লকই। ৩বা কলাকার সম্মেলনদা কয্যাচর্য্য-উপাধি পীখি।

---

# মাইপাকসনা

শ্রীরাজকুমার মাইপাকসনা, শিংজমৈ চোংথাম লৈকাইদা খ্ঃ ১৯২৪ গী ওক্টোবর তাং ১১ দা পোকপই। অঙাং ওইরিঙৈদগী লাইরিক রাম্না কররই। হৌজিক চুড়াচান্দ হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুল কৌরিবা অসিনা নিম্নু হায়রস্কুল হায়না কৌরিঙৈদা অনিতবগী লাইরিক তম্বা হৌখি। ক্লাস খিন্দগীনা ক্লাস টেন ফাওবসি মকোক নম্রগা মথং ঙক্খি। খ্ঃ ১৯৪২ দা মেট্রিক পাস তৌই অহুগা লাম্লাও মমুং তদু লাইরিক তম্বা লেপ্লগা খ্ঃ ১৯৪৬ তা ধনমঞ্জুরী কোলেজদা আই: এ: তমদুনা খ্ঃ ১৯৫০ দা বি: এ: পাস তৌখি। কোলেজ অসিগী ইহান হানবা ছাত্রশিংগী মমুংদা অমনি।

আইঃ এঃ তম্না তম্না রাজনীতিদা য়াম্না কম্না য়াওহুনা আইঃ এন 'ডঃ সিঃ কৌবা ভলুন্টিয়ার দল লিংথংখি, মদুগী কমাণ্ডর ওইখি। মণিপুর ষ্টেট ষ্টুডেণ্ট কংগ্রেস লিংথংখিবা অমদি মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস লিংথং-খিবশিংগী মহুংদা মরুওইবা মীশক অমনি। কংগ্রেসকী মহুংদসু কংগ্রেস সোসোলিষ্ট পার্টি লিংথংপদসু মরু-ওইবা শরুক য়াখি। লৈথিদ্রব হিজম ইরাবোতপু কম্যুনিষ্টনি হায়না মণি-পুরদা থংহনবগা লোয়নন৷ কম্যুনিষ্টকী ভারতকী নিংতম-অন্দোলনগী মাই-য়োক্তা তৌখিবা থবক কয়া ফোং-দোকখি। 'ভাগ্যবতি পত্রিকা" কৌবা পাউচেদা "অন্তরে কম্যুনিষ্ট বাহিরে কংগ্রেস" হায়বা চেকোং অমা ফোংহনা ইরাবোৎকী অমদি কম্যুনিষ্টকী শক্তম অদু মীয়ামদা থংহনখি। মহুনা মরম ওইহুনা ইম্ফালদা কম্যুনিস্টকী মীচং য়ামখিদে অহুপা কংগ্রেস সংস্থান লিংথংনবগী যুম্ফম শেমখি।



মাইপাকসনা

নেতাজীগী মরৈবাকনিংবগী ফিদম অমদি মহাত্মা গান্ধীজীগী অহিংসা নীতিদা থাজবা মীশক অমা ওইরম্মী। ১৯৪৫ দগীনা ১৯৫২ ফাওবা থোঙউপ তোংলমদে, ময়াইকাবা পোৎ শিজিন্নরদে অমদি মৈথৈ লং নজনা অথৈ ফিরোল শিজিন্নরমদে।

১৯৪৮ ৪৯ দা প্রজাতন্ত্রগী সম্পাদক, মতুংদা "জন্মভূমি" গী সম্পাদক ওইরম্মী। হিন্দুস্থান ষ্টেণ্ডর, আসাম ত্রিবুন অমদি শিলং টাইমসকী পাউ পিবস্থ ওইরম্মী।

বৃটিশনা ভারত থাদোক্লুনা চৎখ্রবা মতুংদা মণিপুরদা মরকী সরকার শেম্মবা থৌরাং তৌরকপদা, মতম অমুগী কংগ্রেস সংস্থান মতুংদা

অনিশুবা কংগ্রেস কাংবুনা মণিপুরদা দায়িত্বশীল শাসন লিংখৎনবগী খ্বাইদগী চাউবা অহিংসক অন্দোলন লৌখৎপদা মরুওইবা শরুক য়াখি। ১৯৫১-৫২ দা গান্ধী সেবক সভাগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইরম্মী।

কংগ্রেসনা শাসন পাইরগা মীয়ামগী পাম্বা মতুং ইন্না গনতন্ত্রগী পাথাপ লাকনি কন্না থাজরম্মদগী, ১৯৪৯ গী ওক্টোবর ১৫ দা মণিপুর ভারতত্ত শিনলিনখ্রবা মতুংদা মণিপুরগী আইন সভা অমদি মন্ত্রি-মণ্ডল মুথংলগা চীফ কমিশনারগী শাসন লিংখৎখিবা মতুংদা, কংগ্রেসকী খৌশিল থোৎংদা থাজবা পুম্নমক মাংখিদুনা ১৯৫৩ দগী রিবোলুসানরি নোসনেলিষ্ট পার্টি ওফ মণিপুর কৌবা দল লিংখৎতুনা মদুগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরম্মী। মদুগী মমাংদা ভারতকী ইহান হানবা মীওনগা লোয়নন মণিপুরগী ইলেক্টরেল কলেজদা সদস্য অমা ওইনা মীরেম্না কাখি। ১৯৪৯ দা মণিপুরগী ইহান হানবা পব্লিসিটি ওফিসার ওইরম্মী। অদুবু কংগ্রেস সরকারগী মানদবদগী থা অনিগী মতুংদা ফম অদু থদোকখি। ১৯৫৩ দা মণিপুরদা আইন সভা থুনা লিংনবা ভারত সরকারনা যেংবা অমদ লাউথোক্লবদি, মণিপুর অসি মনিংমথা তৌবা বক্ষর ছৈটে অমা ওইগনবা আন্দোলন তৌগনি হায়না রিবোলুসনি ন্যাসনেলিষ্ট পার্টিগী অচৌবা মারেপ লৌবগী মরিদা মহাকপু, শ্রীইন্দ্রমনি, শ্রীময়ুংমাসো অমদি শ্রীপ্রহ্লাদগা লোয়নন ফাদুনা জেলদা থমখি। জেলদা লৈরিঙৈদা বিচার তৌবদা থা ৬ চংখি, বিচার লোয়রগা থ ৮কী জেলগী দণ্ড পিখি।

ফারিবা অদুগী চাজদি সরকারগী মথক্তা লান তৌই, সরকারবু নুংশিহন্দনবা তৌই অমদি সম্প্রদায় মরোল য়েংথিনহল্লবা তৌই—হায়বা রাজম অহুম অসিনি। মিয়াদ ফংলবা মতুংদা জুদিসিয়েল কমিসন রদা আপিল তৌবদগী মহাক্না কেশ কক্লনা জেলদগী থোকখি।

মতুংদা রাজনীতি থাদোক্লনা মৈতৈগী ওইবা সংস্কৃতি অমদি চাটথংলোন্দা পুক্নিং চংখি। মৈতৈ ময়েকী মরমদা থিজিনবা হৌখি

অমদি মৈতৈলোনগী মরমদা নৈনবা অমদা থিজিন-হৈঝিনবা হৌখি। ১৯৫৮ দা মৈতৈ লীচৎ শাজৎ শেমগৎপা কাংলুপকী সেক্রেটরী ওই-রম্মী। মহাক ১৯৫০ দগী ৬২ ফাওবা অসিদা স্কুলগী ওজা ওইরম্মী। মতুংগী মতুংদা স্কুল অহুমথক্তা হেদ মাষ্টর ওইখি। মণিপুরী কলচরেল রিসার্চ এসোসিয়েশনগী ফাউণ্ডর মেম্বর অমসু ওইখি। হৌজিকসু ঈকজিকুটিভ কমিটিগী মেম্বর ওইরি। ১৯৬৩ দা আকাশবানী ইম্ফালদা হৌদোকখিবদগী হৌজিক ফাওবা পাউগী সংস্থানা থবক তৌবকলি, হৌজিকমক এসিস্টেন্ট এডিটর (রিপোর্টিং) ওইরি। মতম্তা এসিষ্টেন্ট নিউজ ইদিটরগী চার্জ পুরম্মী। ১৯৬৫ দগীনা হৌজিক ফাওবা অসিদা মৈতৈলোনগী মরমদা অমদি পরমলোন (ব্যাকরণ) গী মতাংদা য়াম্না কন্না থিজিনবগী থবক চৎখ্রি। ১৯৭৪ গী ডিসেম্বর থদা মণিপুর সাহিত্য সভানা শিল্লাংবা মৈতৈলোনগী সেমিনারদা মহাক্না 'মৈতৈলোনগী লোপ তোক্না মওংশিং" কৌবা চে অমা পাথখি। মৈতৈলোন অসি পৃথিবীগী মমুংদা থাইদগী হেন্না ইনাক শুনবা লোন অমনি হায়বসি উৎননবা হৌজিকসু থিজিনবা লেপত্রি। মৈতৈগী ইপা ইপুশিংগী মতিক ময়াক্কী লৈরম্বা অহু পুথোক্লবসু হোৎনরি। মৈতৈ মায়েক ওপেন ইক্সিং এণ্ড রিসার্চ এসসিয়েশনগী ফাউণ্ডর মেম্বর অমনি। লোয়ননা মৈতৈ লৈমা সম্পাদক মণ্ডলগী সদস্য ওইরমই। রিসার্চ এসোসিয়েশন রেনং '২৮ দা রিসার্চ বুক চৎখ্রি।

---

# শ্রীনিংথৌখোম তোম্বা সিংহ

ইং ১৯২২ লমদা থাগী ৬নি পানবা নোংমাইজিং সুমিত্তা শ্রীনিংথৌখোম তোম্বা সিংহ বাশিখোংদা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রী৺কৈজাও সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতি তোম্বীমচা দেবী কৌই। কলাকার অসিনা মচীন মনাও নিপালগী অতোম্বনি।



শ্রীনিংথৌখোম তোম্বা সিংহ

তোম্বীম্না হায়স্কুল হায়রগা খংনববা স্কুল অসিদা ক্লাস ফাইভ পাস তৌখি। মতম থরা নৈরগা কলাকার অসিগী ময়াম্না অহল শ্রীসেংখানা পেব্যা পণ্ডিত লৈকাইদা লৈবা শ্রীসনসম চাওমচা সিংহ ওজাদা বরিদুনা রামায়ণগী সুন্দর কাণ্ডদগী হৌনা লাইরিক হায়বা তমখি।

মেরাগী নিয়ম পাল্লিদা, রাইখোম গোকুল সিংহগী মাঙোন্দা ওজা শ্রীথোকচোম তোম্বাইমা সিংহ সেলুংবনা লাইরিক খিরগা সুমিদাংদা লাইরিক হায়বা হৌখি। চহি অসিমক্তদা, বাশিখোংদা লৈবা শ্রীকোংব্রাইলাংপাম দাউজী শর্মগী মাগুবতা লাইরিক ফাংনবা য়াওখি। মসিগী মতুংদগী হৌনা চহি খুদিংগী বাশিখোংদা মেরাগী নিয়মদা লাইরিক হায়দুনা লাকখি।

সারস্বত ব্যাকরণ অমসুং বলদেব তীর্থ যাত্রা, লক্ষ্মন দিগ্বিজয়নচিংবা তম্বগা লোয়নবা একাদশী থাগী থানিন খুদিংগী ওজা

শ্রীতোয়াইমা সিংহনা লাইরিক থিবগা লাইরিক হায়বা তমখিবা পুন্নমক কলাকার অসিনা ময়ুমদা মরম্লাই অভ্যাস তৌখি।

শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর চুড়াচান্দ সিংহ মহারাজদা আশ্রয় লৌহুনা কলাকার অসিগী ময়াম্বা অহম্না পোকপা শ্রীবীর সিংহগা লোয়নননা ম্না কোমং‘দা লাইমিং লৌখি। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত তম্বগা লোয়ন লোয়নবা ওজা শ্রীচাওমচা সিংহনা শীনবিদুনা মাইস্নাম লৈকাইদা লৈবা সোরাইসম ওজা তোম্বা সিংহদা মঙ্গাচরম্নচিংবা লাইরিক থিবা হায়বগী খোম্লোক ১৮, খোম্বা ১২, তাল ৩ অমসুং কম্ফম মীৎয়েংনচিংবগী ফিভমশিং নীংথিনা তমখি। চহি অসিমক্তদা ওজা শ্রীচাওমচা সিংহ থুপখি। ওজা অসিনা থুপলমদাইদা কলাকার অসিগী কমশেন্নবা সেবাদা পেনবিদুনা ওজাশিংগী মরক তিনজৌ হায়না বর পীবিখি। ওজা অসিনা থুপগ্রবা মতুংদা কলাকার অসিগী ময়াম্বা শ্রীসেখো সিংহগা পুন্না চিরা উৎসব অমসুং সম্বৎসরম্ব পাংথোকখি।

ওক্রম চুথেক নিংথৌখম গৌরি পালাহন ঈশৈহনবগী মাওবতা নুপী মরুপ লিংখৎতুনা কলাকার অসিগী অপোকপনা উৎসব কৎলগা দক্ষিনাগী মথক্তা লুপা ১০০ কৎতুনা ওজা শ্রীলোংজম গোপালমচা সিংহবু নেক্তুনা লাইরিক থিহল্লগা কলাকার অসিনা লাইরিক হায়দুনা চথরকখিবা অদু মথং মথং হৌজিক কাওবা কাইদনা গোস্বামী মরুপ্তা সেবা কংলি। চহি অসিদা, অহল-লমম্না হায়নদুনা ইরম সিফাইদা লৈবী অপানবী দেবীগা লুহোংখি। কৈরাঙ্গোইথোং লৌরেম্বম মাওপ্তা চহিগী ওজাশিং লাইরিক ফাংনবা মরুপকী লাইরিক ফাংনবদসু চহি খুদিংগী শরুক য়াবা য়াওরকখি অমসুং জাপান লান্দা লাইরিক তম্বা অমসুং হায়বগী থবক লেপ্তুনা চথরকখি।

ইং ১৯৫৩ দা বাশিখোং হায়ি স্কুলগী শঙ শানবা লম ময়্ক য়াওদনা কলাকার অসিনা দান তৌখি। মতুংদা সরকারগী মতেং লৌতুনা শিক্ষা লৈরম্বা কাজি পাৎ পল্লি পাকখোক চাউ-খোক্রা থোম্নবা হোৎনবদা কলাকার অসিনা লৌখিবা অচৌবা থৌদাং মীপুম খুদিংমক্না নিংশিংনরি। ইং ১৯৫৭ তা শ্রীধাম নবদ্বীপ, শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্র অমসুং শ্রীবৃন্দাবন পরিক্রমা সেবা তৌখি। মতুং হল্লক্লগা লাইরিক ইবা হৌখি। অমসুং চহি অসিদা ১৯৭৭ ইংদা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী যাত্রীক ময়াম পুতুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা অমুপ্রভুগীদা নোংমা বিদেশী যাত্রীক পুম্বনা ভাবক ওই-ড়ুনা এলাংবম সাজৌ ওজানা থিরগা লাইরিক হায়খি, শ্রীরাধা কুণ্ডদা, বর কুণ্ডদা মুমিৎ ২নি যাত্রীক অমসুং শ্রীকুণ্ডবাসিশিংনা ভাবক ওইড়ুনা হাইরিক হায়রগা শ্রীধাম সেবাসু তৌজরকখি।

মহোশা অমসুং নৌনা মরী লৈনরকপা শৈকমশিংদা থৌরম কায়দনা চথরকপগা লোয়ননা, সেবা কয়াদা লাইরিক থিবা-হায়বা তম্বীখি অমসুং শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত (আদি, মধ্য অমসুং অন্ত খণ্ড), শ্রীগোবিন্দ লিলামৃত অমসুং শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক-নচিংবা লাইরিকশিং ইখি।

ইং ১৯৬৫ দা মণিপুরগী সরকারগী মতেংনা শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত (অহানবা শরুক) ফোংই অমসুং মণিপুরগী লাইরিক হায়বা-থিবা ওজাশিংগী অপুনবা 'শ্রীগোবিন্দ সম্প্রদায় ভক্তি অমুবাদক সভা' লিংখৎখি, লোয়ননা সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখি। চহি অসিদা 'বাশিখোং শিন্দম বিদ্যালয়' কৌবা ধর্মগী স্কুল অমসু লিংখৎখি। মথং চহিদা, শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ২শুবা শরুক ) ফোংই। ইং ১৯৬৯ দা 'মৈতৈ লোম্মিৎ' কৌবা লাইরিক অমসু ফোংখি।

শ্রীরাগানুগা ভক্তি সাধন চন্দ্রিকা ফোংলবা মতুংদা শ্রীগুরু প্রনালিকা স্মরন ফোংখি। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা পুন্সিগী লোইনবী তালোই অহল শ্রীমতি অপানবী দেবী তাইবং থাদোকখি। লৈহৌরিবা তালোই অনি অমসুং মচা নুপী মাপল অমসুং মচা নুপা অনিগা লোয়নননা ইমুং-মনুং মরা ভপ-ইংনা লেপ্লি।

মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ইং ১৯৭৩ আগস্ট তাং ২৩ দা পাংথোকখিবা লাইরিকথিব-হায়বগী সেমিনারদা লাইরিক থিব-হায়বগী মৈহৌরোল অমসুং খোন্থোক-খোন্থা, তান্নবগী মরমদা নৈনবা মাওখি। চহি অসিমক্তদা, মনিপুর ষ্টেট লাইরিক থিব-হায়বা অপুনবা সভানা 'সংকীর্ত্তনাচার্য্য' হায়বা মিংথোল পীখি অমসুং সভা অসিগী চিন্নারমেন ওইনা থবক পুনবা থনখি।

ইং ১৯৭৫ দা পরম ধর্ম্ম সংকীর্ত্তন লাইরিক থিব-হায়বগী মহা-বিদ্যালয় অমা ফাউণ্ডর মেম্বর ওইদুনা লিংখৎপা য়াওখি। মসুমা হোৎনদুনা থবক থৌরমশিংদা হনবা তৌদনা অচৌবা শরুক লৌরি। কলাকার অসি মণিপুর ষ্টেট লাইরিক থীব-হায়বা অপুনবা সভা অমসুং শ্রীগোবিন্দ সম্প্রদায় ভক্তি অনুবাদক সভাগী প্রসিডেন্ট অমসুং সেক্রেটরী ওইনসু থবক পুরি।

ইং ১৯৭৬ দা মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসো-সিয়েশন্না ৪শুবা অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলন্দা কলাকার অসিবু তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা 'বক্তারত্ন' উপাধি পীখি।

---

# শ্রীথোঙাম দেব সিংহ

শ্রীথোঙাম দেব সিংহ চহি ৪৭ য়োম ওয়ে; পন্থৌগী মিংনা অঙাঙোন পলেমগী মিংনা অঙংবেম্মা কৌই। শীংজদৈ থোঙাম লৈকাই পোক্লকমনি। মশাগী চহি ১৬ চঙলকপা মতমদা C.D.H/S দা Class VI তা তমলিঙৈদা অনীশুবা লানথ্যাও মায়য়োক্লখি। মতম থরা লৈরপা মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌখি। এসোসিয়েশনসিগী অহানবা ভাইস প্রেসিডেন্ট অমদি লম্খেল হায়স্কুলগী সেক্রেটরী ওইখি। মণিপুরগী মকম কয়াদা ১ দি ভারতকী



শ্রীথোঙাম দেব সিংহ

মকম থরদমু য়োকা মরী লৈননা কোইক্লবা মীশক্নি। মহাক শীংথানবা মায়বা সমাজগী সেবা তৌবা মীওইনি। সমাজগী মীওই য়ামবা শাইরিক অমা ইডুনা কোওখরে। শিঙেল নাচোমচিংবগী লেখকনি। আর্টিকল কয়া ইডুনা কোঙখরবা মীশক্নি অমমুং ঙীশে কয়াম্মু ইরে। কৌজিক ই, ও, ওইনা থবক তৌরি। থবক অসিগা মরী লৈননা মণিপুরগী মপান্দা ট্রেনিং কয়াম্মু চৎখ্রে।

---

# ৺শান্তিকেশ্বর শর্মা

ব্রহ্মপুর বাচস্পতি লৈকাইদা ৺শ্রীশান্তিকেশ্বর শর্মা ই ১৯১২ দা পোকই। অপোকপগী মিং খ্বাইনা চৎলবা শর্মা হায়রগা খঙনবা শ্রীতত্ত্ববীর শর্মা অমসুং অপোকপীগি মিং শ্রীমতি মোহিনী দেবী কৌই।



৺শান্তিকেশ্বর শর্মা

অপোকপনা মহারাজ চুরাচাঁদ সিংহগী মতমদা জগোয় অমসুং পুং য়েৎবগী ওজা অমা ওইনা মীয়াম্না শক খঙনখি, অমসং হঙবা ফম কাওবা ওইখি। কলাকার অসি অঙাং ওইরিঙৈ দগী হৌনা জগোয় অমসুং পুং য়েৎবগী শিনফমদা খোঙদাবা হৌবকখি। শ্রী৺অরিবম গোপাল শর্মা বামন পালাগী হিদং ওইরম্বা ওজাদা পুং তমহৌই। অমসুং শ্রীতম্মুদোন শর্মা পদ্মশ্রীদা জগোয় তমখি। লোয়ননা শ্রীহাওবম সুবেদার মেঙোর ওজাদা সাত্বিক শিকাবননচিংবা অভিনয় তমখি।

মতম খরগী মতুংদা, সর্কস পার্টিদা য়াওদুনা ভারতকী ষ্টেট অতৈদা লম কোইখি। অসুম্না চহি খরা হৌরবদা মহৌশাগী ওইনা পামজবকপা জগোয়দা পুক্নিং অমুক থিংজিনকখি। লোয়নবা, মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা জগোয় উৎখি অমসুং লৈবাক্না মশক খঙবা কলাকার অমা ওইখি। ইং ১৯৩৬ কী

মমাং অমসুং মতুং অন্নুরাই ফাওবা অতৈ হৈটশিংদা মণিপুরী জগোয় মখল অয়াম্বা শোক্লা শো উৎপা চৎখি।

মতুংদা, কলিকতাদা চৎখি। মফম অদুদা লিলা দেশাইগা থেংনদুনা পুন্না জগোয় উৎমিন্নখি। অমসুং লিলা দেশাইগা লোয়নননা বোম্বে, মদ্রাজ, বেঙ্গলর, মহিশূর, পঞ্জাব, বেনারস অমসুং বেঙ্গলনচিংবা মফমশিংদা জগোয় মখল কয়ামরুম উৎমিন্নখি। মদুদগী হন্নক্লবা মতুংদা, ইম্ফালদা থোরক্লুনা 'ওসি (চেক্ষোং)'গী ইডিটর ওইরম্বা শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারি সিংহগা হান্নদুনা কলাগী সংস্থান মহাবলিদা লিংখৎখি। ৺শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা আসামগী গভর্ণর হায়দর আলীগি মনাক্তা মাওবেতেননা লাকপদা মহারাজগা লোয়নননা মণিপুরগী জগোয় কাঙলুপ অমা চৎখি। হায়রিবা জগোয় কাংলুপ অসিগী লু'চংবা শ্রীশর্ম্মনা ওইখি। মসিগী মতু'দা অমুক মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না জগোয় উৎপা চৎখি।

ইং ১৯৫১, শ্রীহিমৎ সিংহনা মণিপুরগী চীফ কমিশনর ওইবা মতমদা অচৌবা মেলা অমা তৌখি। হায়রিবা মেলা অসিদা জগোয়গী থৌরম পাংথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। চহি তরেৎরোমগী মতুংদা তাইবংপান থাদোকখি।

---

# শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ, সাহিত্য বাচস্পতি ইং ১৯১৮ দা কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকখি। শ্রীসিংহ মণিপুর সাহিত্যগী সমালোচক, কবি অমসুং নিবন্ধকারনি। মহাক গান্ধীবাদ অমসুং সর্বোদয়গী সমর্থকনি। শ্রীসিংহ গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দগী এম, এ, এল, বী পাস তৌখি। ডি, এম, কলেজদা ফিলো-সোফিগী হেড ওফ ডিপার্টমেণ্ট ওইরম্মী। মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী লিংখৎখিবদগী একাডেমী অসিগী সেক্রেটরী ওইরি।



শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

মুখ্যমন্ত্রীনা নীলকান্তদা উপাধি পীরি

শ্রীনীলকান্ত 'কলচরল ফোরম' গী ফাওণ্ডর (founder) মেম্বর অমনি। মণিপুরী থিয়েটর, ঋতু, সাহিত্যগী সম্পাদক ওইরম্মী। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা অহুমলক

থবক তৌখি। ইং ১৯৬৫-৬৭ দা সঙ্গীতনাটক একাডেমীগী মেম্বর ওইখি। সাহিত্য পরিষদকী চেক্লোং সাহিত্যগী ইডিটর ওইখি। ইং ১৯৭২ দগী সাহিত্য একাডেমীগী একজিকুটিভ বোর্ড অমসুং জেনেরেল কাউন্সিল'গী মেম্বর ওইরি। সংস্থান অমসুং ডেলীগেশনচিংবা রিপ্রেজেণ্টটিভ শ্রীলঙ্কা, হঙ্গেরী, জী, ঢী, আর, ফ্রান্স, জপানচিংবা চৎলুই। কিন্তু জুরীগী মেম্বর অমসু ওইরি।

অইবা লাইরিকশিং :—

১। অচাইবা লৈ ৩। চৎলসিনে কনাইদনো ইবানি
২। মণিপুরী কবিতাগী ৪। রবীন্দ্র নাচোম

## শ্রীপোৎশংবম তোমাল সিংহ

শ্রীতোমাল সিংহ শকাব্দ ১৮২৩ (ই° ১৯০১) ইঙেলগী পানথৎলকপা ওনি পানবা লৈবাকপোকপা হুমিত্তা চীংঙামথা



পি, তোমাল সিংহ

মিংথৌজম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং ৺তোম্বা সিংহ অপোকপীগী মিংনা তোম্বী দেবী কৌই। শ্রীতোমাল সিংহ যুমদা অঙাং ওইরিঙৈদা অপোকপগী মকমদা প্রাইমারীগী শিক্ষা কংখি। চহি ১২রোম ওরক-পদা চীংঙামথা শরোখাইবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীচোংথাম ওজা ৺লিক্লাই সিংহ লাইশাবা (উগী) ওজাদা চঙজহুনা উনা

শাবা মূর্ত্তিগী লাই শাবা তম্নকখি। চহি ১৫গী মতুংদা খুম্বোংময়ুম ওজা ৺ইবোতোম্বী সিংহ দর্জিদা ফুরিৎ-ফিরোল ভুবা তম্নকখি। চহি ১৫রোম শুবদা চীংঙাম্বথা মাইস্নাম লৈকাইদা লৈবা শ্রীঅহৈবম ওজা মুকশুদা কোল-লীক হয়গী থবক অমুক তম্নকখি। অস্তুম্না কোল-লীক করম্না হৈগদগে হ'ম্নবা নিংথিনা থঙলবা মতুং চহি ১৬ চঙলকপদা শ্রীশরাংথেম ৺গৌরসিংহ চীংঙাম্বথা অহৈবম লৈকাই চনম পুখ্রি মপান্দা লৈবগী মকমদা সনা শাবা অমুক তমলকখি। মথং চহি ১৭ শুরকপদা কলিকতাদা চত্তুনা সনাগী অমদি ব্রোঞ্জগী মথক্তা মতৌ করম্না মিতম শাগদগে হায়বদু তমলকখি। কলিকতাগী নন্দলাল কৌবা গোল্ডস্মিথ ওজা অদুনা শ্রীসিংহগী সিঙম তৌবগী অহানবা ওজা ওইরকখি। মণিপুরদদি মিতম শাবগী থবক অসি শ্রীসিংহনা অহানবনি। মতুংদা সনা লুপ্পগী থবকলোমদা খোঙদাহনা লুপ্পগী থবক তৌরকখি। অস্তুম্ন তম-লিনবদনা মথৌদাং ওইরক্রবা শ্রীসিংহ চহি ২৪ শুবদা নবদ্বীপকী শান্তিপুরদা চত্তুনা ফি শাবা অমুক তমলকখি। হল্লক্লগা ময়েক খোংকপগী ফিজাও ওখকুং শাজবা অদু ইনিংথৌ ৺বোধচন্দ্র সিংহ-জী অমা, শ্রীশরাংথেম নদিয়াচান্দ সিংহ এক্স জেলরনা অমা লৌখি।

মতুং চহি ১৯৩৩/৩৪দা মোইরাংথোম মথক পুলিস বাজারদা তৌখিবা মেলাদা লং লাইনবা মৈতৈ তরেং অসি নত্তবা অতোপ্পা মথলগী তরেং পুথোকখি। মতম অদুদা অপেংবা মৈতৈ কলম মথল অমত্তু পুথোকখি। পুথোক্লিবা কলম অসিনা মুকফুদা অমুক্তং লুপ্পগা ইংলা ফুলস্কেপ পাংথায়গী মমার অমা ইবা কোয়খি। চহি অসিমক্তদা মৈতৈ ময়েক শারগা কপি ১০০০ ছাপা নমখি। লাই-ব্রিক অসি ডাঃ লৈরেন সিংহনা সম্পাদক ওইবা ম্রাকাইরোলদা

নমখি। মতম অসিদা নহা ওইরগা বিবোধ জননী সভাগী মেম্বর ওইরে। মতুং মতম খরা লৈরগা আসামগী চিক মিনিষ্টর বি,পি চালিহানা কৌহুনা ইং ১৯৩৬/৩৭ তা শিবসাগরদা স্পাইনিং কম্পিটিসন য়াওগদৌবনি হায়না বার্ত্তন তৌরকখি। কম্পিটিসন অসিদা ফার্ষ্ট প্রাইজ ফংখি।

শিবসাগরগী কম্পিটিসন লোইরগা মণিপুরদা হল্লকুবা মতমদা এণ্ডি, খাদি, রেশম অমসুং কাত্রংগী লং নাইনবা তরেং মখল অম-মুক পুখোকখি। চহি অমুদা তরেং ১৫০০ শাবা লোইহুনা মীয়ামগী খুত্তা শিন্নবা ওমখি। মথং মথং অসুম্না খুংনা শুবা নোংগী থবক্তা লোয়ন-লোয়ননা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী থবক্তা য়াওশিল্লকখি।

ইং ১৯৩৯ গী মুপী লান্দা অকনবা থৌদাং য়ারকখি। ইং '৪১ দা নেতাজী সুভাসচন্দ্র বোসকী লমজিং মখাদা আই এন এ-দ জোইন্ট তৌখি। অসুম্না আই এন এ-দা য়াওরবদা নেতাজীনা কৌবিরকখিবগী মতুংইন্না রেঙ্গুন তাম্না চংতুনা নেতাজীগা শকখঙ মায়খঙনরকখি। মণিপুরদগী চংখিবা আই এন এ-দা তশেংনা মিং চল্লবা মীওই ৬কী মফমদা নেতাজীনা ঈকাইখুম্নবা উৎপিরক-খিবশিংগী মনুংদা শ্রীসিংহসু অমনি।

অনিশুবা লাপ্পাউনা নেমথরক্লবা মতমদা মণিপুরদা হল্লকগা এলুমিনিয়মগী থাং, কোর্ফু খুদেং পেল্লানচিংবা পুথোকখিবা অসি শ্রীসিংহমক্না মণিপুরদদি অহানবা লময়ানবনি। অসুম্না খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা খোঙদাবগা লোয়ন-লোয়ননা ইং ১৯৪৬/৪৭ তা মণিপুরগী কংগ্রেস প্রেসিডেন্ট ওইরকখি।

হৌজিক সরকারগী অফিস অমসুং বাঙ্গলোশিং থোঙ্গমপাদা থেংপা পিথোক্লইনা শাগিবা নেম প্লেট অমদি ফমগী ময়েক অমদি এলোই অমসুং নিকেলগী পোং খুদিং শাগনা ইরৈবাকচাশিংগী খুত্তা খুংহনবগী কান্নবতা নত্তুনা মপান্দগী লৈরবদি শোয়দনা শেল পুথোকখ্রগদবা শেল কয়া লৈবাক অসিদা তুংজরিবসিমক শ্রীসিংহগী মক্তেংননি হায়বদা হায়মনবা থোয়োক্লোই খল্লি।

থোইদোকপা অমনা মণিপুরদা তৌরিবা যোজনাগী মেলাদা ড্রামাদা যাত্রাদা মনা পীগদবশিংগী শীর্ষশিং অসি শ্রীসিংহগী পোথোক য়াওখি।

অসুম্না চহি ৭৫ চুপ্না খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা অহনবা নাইদবা মতৌ অসি উবদা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা ইং ১৯৭৫ দা 'শিল্প বিশারদ" হায়বা মিংথোল (উপাধি) অসি পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎলকখি। লোয়ননা শ্রীসিংহ হৌজিকমক ক্রিদম কাইটর মণিপুরগী চেয়ারমেন ওইরি। ভারত সরকারনা পেন্সিল পীরি।

---

শ্রীপোৎশংবম তোম্বাল সিংহ

# শ্রীকেরানি সিংহ

শ্রীনিংথৌখোংজম কেরানি সিংহ শকাব্দ ১৮৩৫ দা ইঙা থাবী ৫ নি পানবা নৈপাকপোকপা ‧ হুমিদা পোকই। অপোকপগী মিং ৺কালাচাঁদ সিংহ অপোকপীগী মিং ৺চাওবী মাইমা দেবী কৌই।



শ্রীকেরানি সিংহ

শিক্ষাঃ— চহি ৫ ওইরকপদা লাইরিক তম্বা হৌখি। ইবা পাবা নিং-খিবা তমই। ওহা অতোপ্পা আখম মাঙ্গোলজাও সিংহদা সারস্বত ব্যাকরণ, চানক্য শ্লোকচিংবা তমখি।

কলাবিদ্যাঃ— চহি ৭ দা শমখেনবগী বলদেব শাই। মমাথাবীদি লৌ-রেখম, তোখী, ক্ষেত্রি তোখী দেবীনি। চহি ৮ দা পুং তমই। ওজাদি নোংমাইথেম অনাপ সিংহনি। চহি ৯ দা নমলোইজেদা হুপীপালাগী পুং ঝৈ চহি ১০ দা লোইতাংখুমেন্দা হুপীগী খুবাক ঈশৈগী পুং ঝৈ। চাওরক্রবা মতমদা থাসক, রাস কাংনবচিংবগী পুং ঝৈ। মতম খরা ঈশৈ তৌরম্মী। ঈশৈগী ওজাদি হাওবম মধু সিংহনি। আজ্ঞা কুলচন্দ্র অমসুং ওহা পাক্নবচিংবনি। মহারাজ চূড়াচাঁদগী মমা হাজহা হিয়াংথাং লাই-রেম্বীদা মমা হিজাক কংবুদগী জেলদা হুমিং ৫ নি দৈখি।

সমাজ সেবাঃ— পুং ঝৈবা অমদি ঠিকাদারনচিংবা জীবীকাগী ওইবা থবক পুন্নক থাজোক্তুনা সমাজ সেবাদা খোংথাখি। অপুনবা মহাজোন মণ্ডলকী প্রেসিডেন্ট অপোন মণ্ডলকী প্রেসিডেন্ট ওইখি।

মথংদা মণিপুর স্টেট কলা একাদেমী তিমাল কমিটিগী ভাইস প্রেসিদেন্ট ওইখি। তিনেজ এসোসিয়েশনগী চেয়ারমেন ওইরি। শ্রীগোবিন্দ খোগল কমিটিগী সেক্রেটরী ওইরি।

ওল মণিপুর রাইটর এসোসিয়েশনগী প্রেসিদেন্ট, মণিপুরী লোনগী এস্নন কমিটিগী প্রেসিদেন্ট ওইরি। ষ্টেটঙদ তামবদা চম হেনখি। ইমায়নেঙ্গী মচুংদা মৈতৈ লোনবু চত্তবা লেচ্ছানদ হাপ্নবা চরা হেনবগী থৌরাং তৌরকপদা সরকারনা থাগখি।

লেখক অমা ওইনা:— (১) ধর্ম্মবু মশক থংবা। (২) গোবিন্দ বিলাস। (৩) চুংশাইবা সংসারনচিংবা অকোংবা লাইরিকশিংনি। কোংক্রিবা থরম্ নৈখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ( তিঃ ভঃ মং ১/২৩/৭৫- এম: এস: কে: এ: ইম্ফাস দি ২৯ মার্চ ১৯৭৬ ) একাদেমী তিমাও কমিটিগী মাঙী কোংদোক্লবা চিঠি ইরকখি।

---



শ্রীকেরাবি সিংহ

# মুতুৱা বহাদুর

মুতুৱা বহাদুর কৈশাম্পাৎ মুতুম লৈরক্তা খৃঃ ১৯৪৮ ইংগী জনুৱারী তাং ২০ দা পোকই। অপোকপগী মিং ৺নিংথৌ, অপোকপীগী মিং তোম্বী কৌই। মুতুৱা ৺নিংথৌগী মচা ৩গী মনুংদা অহলনি। মথংশিংনা মাইমা অমসুং তোম্বা কৌই। মুতুৱা বহাদুর য়েক-খোংপা অমদি কৱিগুৱা পোংশক অমদা কুপ্না য়েংবা অসি অত্তাং ওইরি- ত্তৈদগী পীখোরক্লৱা অমনি।



মুতুৱা বহাদুর

মহাক্না মহৈ তম্বা কাওবদা য়েকপা খোংপগী ৱবক অসি ছুইরেম পৌরো লিংহগী মকমদা তমখি। লোয়নবা অৱিবা মমাংত্তৈগী পোৎচৈশিং খিজিম- বা অমদি খোমজিন্নবসু খৃঃ ১৯৬৫ ইংদগী হৌখি। মৈত্তৈগী অৱিবা কিয়োলশিং অমদি শীজিন্নবা মচুশিং নৈন- বদা থুংলোং চানবা হাকছুনা লৈখিদ্রবা হাওবম অমুবগী মকমদা মচুগী অমসুং কি ময়েক খোকপগী মৱমদা তমখি। খৃঃ ১৯৭০ ইংদা মণিপুরগী জিরিবাম, আসাম, ত্রিপুরাগী মকমদা মুতুৱানা খোমজিন্নিবশিং অচুগী কোটোশিং উৎখি, লোয়নবা বাম্ব ঙাংখি। মসিগী মৱমদা ইংলিশতা লাইরিক মচা অমগু মমখি। মুতুৱানা শিন্দুনা কছায় শ্রীবারদা অর্টিস এণ্ড ক্রিপ একজিবিসন হুমিং মঙাম্নি ইংশোক ১৯৭২ দা উৎখি। মসিদা মুতুৱানা খোমজিনবা পোংশিংসু উৎখি। একজিবিসন অসিগীসু আসাম ত্রিপুরা অমসুং মণিপুরগী ওইনা সেক্রেটরী পুখি।

ইং শোক ১৯৭১ ইংগী থা থম্বা ত্রিপুরাগী চীংগী লমশিংদা চত্তুনা য়িথাং, চকমাবচিংবগী ফিজোং অমদি শক্তমশিংচত্তুনা য়েকখি। ইং শোক ১৯৭২ দগ্র ব্রহ্মদেশকী মচুং চনবা লম থরদা চীংমী অমসুং ব্রর্মীজ

লৈশাবীশিংগী চংনবী কয়ামরুম য়েকখি। ইং শোক ১৯৭৪ দস্থ কছারী দিহানচিংবগী ফিজেং অমদি মমাংচৈগী অয়িবা য়ুম-কৈ অমদি যুগী শক্তম কয়ামরুম য়েকখি অমদি লৈনখি।

মুতুবানা খোমজিনখিবশিং অসিনা য়ুম্ফম ওইদুনা ইংশোক ১৯৭৩ দা মমিং লৈরবা 'মণিপুরী আর্টকী বারী-শীংবুন' অহানবা শরুক কোং-খি। ইংশোক ১৯৭৫ দা অহুমশুবা শরুক কোংখি। ইং শোক ১৯৭৫ গী এপ্রিল তাং ১০, ১১ দা গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা মুতুবানা ড্রয়িংশিংগী অয়েকপা লাই ৫৯ খোমজিন্দুনা উংখি। উংখিবা অসিদা ই, নিলকান্ত অমসুং মুলক রাজ আনন্দ (বাথে) না রা তাংখি।

থৌরম অসিগা মরী লৈনবা চেক্কোং অমস্থু মণিপুর স্টেট কলা একাডেমীনা কোংখি। মুতুবাগ অরাবা কয়া খাণ্ডুনা ফোক পার্টশিং অমুক খোমজিন্দুনা ইং শোক ১৯৭৫ গী অক্টোবর তাং ১৭ তগীনা ২০ কাওবা "মুতুবানা খোমজিনব। ফোক আর্টস একজিবিসন" স্টেট য়্যুজি-য়মদা একাডেমীনা শিন্দুনা উংখি। মসিদ অয়িব ২০০ গী মথক্তা উদা হকপা, হুণ্ডা হকপ, চেদা য়েকপ, উকুদ য়েকপাশিং উ.বি। মসিগা মরী লৈননা মুতুবাগী ময়মদা ডাঃ এল, চন্দ্রমনী সিংহ, ইঃ নিলকান্ত সিংহ অমসুং ঐইচঃ শ্যামো শর্মানচিংবনা রা তাংখি। ডাঃ চন্দ্রমনীনা হায়খিঃ—মুতুবানা খোমজিন্নিবা অসিনা মণিপুরগী হিষ্টরী ইবদা অনৌবা মাওল অমা পুরকপা ঙম্মি। ইঃ নিলকান্ত সিংহনা হায়খিঃ—মুতুবানা খোমজিন্নিবা অমদি কোণ্ডলিবা লাইরিকশিং অসি মী অমগী পুক্নিদা রারা খোক্লগদৌবা থবক্নি। হৌজিক কাওবদস্থ মুতুবা খোমজিনবগী থবক লেপত্রি। লোয়রনা য়েকপগী থবকস্থু অহুমক চথরি। মহাক্কী অয়েকপা লাই কয়ামরুম স্টেট অমা অনিদা পুখোকখি।

মুতুবানা মণিপুরগী চেক্কোং কয়াদা আর্ট অমদি কলচরগা মরী লৈনবা বাবেং কয়ামরুম ইখি। ইংলিশ অমসুং হিন্দীদস্থ মথক্কী অসিগা মরী লৈনবা ইখি। ইউনিভরসিটিগী সেমিনর অমদি থৌরম কয়াদা চে পুখোক-খি অমদি তাংখি। মুতুবা থায়রগী পোংশিং খোমজিনবা, লাইরিক ইবা অমদি লাই য়েকপদা নণ্ডা এসোসিয়েশন থবগীস্থ সেক্রেটরীন

চিংবা ওইরম্মী। মেম্বর, স্ক্রিনিং কমিটি, মোযাইক একজিবিসন কমিটি মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী ১৯৭৫, মেম্বর, ফাইন আর্ট বোর্ড, ডি কলচরেল ফোরম ইডিটরিয়েল বোর্ড মেম্বর, রিজনেল ইন্টিগ্রেসন, ১৯৭৫-৭৬ মৈতৈ লৈমা ইডিটরিয়েল বোর্ড ১৯৭৫-৭৬ জেনেরেল সেক্রেটরী কে, এল, ১৯৭২ জেনেরেল সেক্রেটরী উইমেন্স গেলরী ১৯৬৫ ইং এসিষ্টেন সেক্রেটরীনচিংবা ওইখি।

কলা একাডেমীনা একাডেমী এৱার্ড ১৯৭৪ ইংদা পীখি। এসোসিশন্না অখিল মণিপুর কলাকার সম্মেলনদা চিত্রকলা বিশারদ পীখি।

---

# শ্রীঅখাম ৺তোম্বা সিংহ

শ্রীঅখাম ৺তোম্বা সিংহগী লৈকমদি শগোলবন্দ মোইরাং-ময়ুম লৈরক্কনি। ওজানা দিবারাস হায়না কৌবা ৫শুবা জগোই মখল অসি পুথে কখি।

দিবারাস থোনখিবগী মরম :—সংস্কৃত লোন্দা দিবাগী অর্থদি সুংখিল হায়বনি। জ্যোতিষ শাস্ত্রদা দিবা নক্ষত্রগা দিবামান হায়-রপা সুংখিল হায়বদি সুমিং থোকপদগী তাবা ফাওবগী মতমু খঙনৈ· দিবারাস শান্নবদা সুমিং তাত্রিঙৈদা লোই। জগোই অসি শান্নবদা সুমিদাংগী শরূক অমত্তা য়াওবা য়াদে। সুংখিল সুমিদ'ংরাইরমদা লোইশিন্নি। মরম অদুনা জগোই অসিগী মমিং দিবারাস কৌরিবনি।



শ্রীঅখাম ৺তোম্বা সিংহ

দিবারাসতি অতৈ রাসগী তোপ-তোপই। রাগ, রস, পুংলোন, ঈশৈনচিংবা মথক্কী রাস মরীদগী তোঙানি।

দিবারাস অসি ইং কুমজা ১৯৪০ দা পুথোক্লূনা উৎপা হৌখি। অহানবা উৎখিবা মফমদি শগোলবন্দ থোংনাং হোপাইবী হিদংময়ুমগী মাওবতনি। রস তত্ত্বচিংবা য়েংলবদি অতৈ জগোইগুম্না লিরে। নৃত্যশিরোমণি গুরু ৺তোম্বা সিংহনা বৈষ্ণবশিংগী অথপ্পা ভজনগী মখুং হজিনবা রস দিবরাসতা লৈ হায়না তাকপিরমই হায়। জগোয় অসি

পুথোকুবা হোংনবদা মণিপুরগী মতিক মগুণ লৈরবা ওজা-গুরু-শিংনা তেংবাংবিখি। লৈখিদ্রবা লৈবাক্কা থোইনা হেন্না শকখঙ-নরবা স্নাখ্‌বা নিত্যাইবাত সনানা ঈশৈ ওইনা রস, রাগ, রাগিনী য়াওনা পুথোকপিখি। স্নাখ্বানা কাছাড়দা লৈবা মতমদা কাছাড়গী দে'ঙ্গোড় হায়রবা কোৌবা অফাওবা ওজা অমগা ঈশৈ ফাংনখি। মতমদুদা দিবারসকী ঈশৈ অসি রস পালা ওইনা শকপিখি অমসুং ঈশৈ অসিগী মপান্না ওজা দে'ঙ্গোড়বু স্নাখ্বানা মায়থিবা পীখি কাছাড়গী শ্রীপুর খুদিংমক্কা স্নাখ্বাবু লাইনি হায়বিখি অমসুং লাইগী মিংথোল পীখি। খরা লৈরগা স্নাখ্বানা কাছাড়দগী মরৈবাক মণিপুরদা লেঙথোরক্লে। ঈশৈ ময়েক অসি ওজা ৺তোম্বা সিংহদা জগোই ওন্থোক্রবা শিন্নবিরে। ওজানা চহি ১০ রোম জগোই ঈশৈ ওইবা য়ানবা ওথঙ-অহৈশিংগা তান্নচুনা মথক্তা পঙ্খ্রিব ১৯২০ ইংদা দিবারাস ওইনা পুথোকপিখি। জগোই শান্নরবা মুখিৎ ২।৩ নিগী মতুংদা চূড়াচাঁন্দ মহারাজগী স্না য়াথংনা মুংথিন্দ জগোই শান্নবা য়াদে হায়না অজাবু ফাখি অমসুং অকনবা চৈরাক ফংখি। ব্রহ্মাসভা অমদি পালা লোইশংদা বিচার তৌনবা স্না য়াথং তাকপিখি। উক্ত লোইশং অনিগী মমাংদা মতিকচাবা প্রমান কয়া পীবগা লোয়ননা স্নাখ্বা নিত্যাইবাতকা কাছাড়গী দে'ঙ্গোড়গা ঈশৈ ফাংনবদা ওজানা মায় পাক্লকপগী বারী লীখি। স্নাখ্বা নিত্য ইবাতনা লেংবা ঈশৈসিবু ওজানা জগোইগী ঈশৈ ওইনা ওন্থোকপনি হায়বা ইনিংথৌনা খঙবিখি। মাসিনা মরৈবাক কনখিবা ঈশৈনি হায়না মহারাজ ইবুংঙোনা পেনবীচুনা অথামগী ওজা ৺তোম্বা সিংহদা মনা-মথ্‌ম পীবিখি।

---

## রিসার্চ এসোসিয়েশনগী

কোংলবা লাইরিকশিং :—

১। কিদম্ শৈরেং — মমল লুপা ৫.০০

২। নাট্য অমস্থং মঙ্ক — মমল লুপা ৬.০০

অমস্থং থা তরুক তরুকী চেকোং

# মৈতৈ লৈমা


ফংথম :—

উরিপোক নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই

ইম্ফাল।